# শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনামগী শক্তম



শ্রীচরণদা চংলক্লিবা:- থুরাইজম ইবুঙোহন সিংহ



# শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম স্তোত্রম্

( নামার্থস্মরণগা লোইনবা )


নামার্থ—নীংশিংজবা

**শ্রীঅরিবম শিবদত্ত শর্ম্মা**

ব্রহ্মপুর নাহাবম।


প্রণামী— নূঃ ৫

# নোল্লুক্না বাহৈ অনিদং

শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনামগী মৈতৈলোল অর্থ অসি ঈপাশক্রবা শ্রীযুত খুরাইজম 'ইবুঙোহল সিংহনা থৌদাবিদুনা ইজবনি। মোলগী অর্থসিগী মমিং "নামার্থস্মরণ" হায়না থোনজরি। নামজপ (পাঠ) তৌবদা নামগী অর্থ নিংশিংনি মদুদা নামজপ তৌজরিবা শ্রীগোপালভক্তশিংগী নামার্থস্মরণসিনা খরদস্ত মতেং ওইগনি নিংঙৈ। তৌইগুম্বস্ত বৈষ্ণব সেবা তৌদুনা শ্রীনামশিংসিগী অর্থ তমজরক্তি, অদুনা মসিদা মপুংফাদবা কয়া লৈগনি হায়বসিদি চিংনিংঙাই লৈতবনি। মণিপুরগী গুরুজন ঈয়াম্বশিংগী ফোঙ-লবা অর্থগা কোম্নবা সহস্রনাম খরা উজবে, মদুবুস্ত চপ চাবা তমজয়াবা-গুরু মূর্ত্তি ওইনা লৌবা য়ানা থোকই। অস্তম্না ওইদুনস্ত হেক্তা ইরি অমসুং ফোঙলি, মসি তৌবঙম্মনবনি, অদুনা ঙাকপিনিংঙাই ওইদবনি। অদুবু ঐনা খঙ্গরিবনি ভগবান্ শ্রীগোপালদেবগী লুরবা (শূরবা), লুববা (অমোংপা পকপবা) লীলা রস মখল মখল যো দোকপা, লায়-পান্থৈনি থাজনবকপা শ্রীনাম অমসুং অর্থনি, অসিবু তৌন্নবস্ত মীগী হকচাং ফজরবা ঐগীস্ত, খাদোকফম থোক্তে, অসিনি। অমদি ঐহেন্দা পিন-বক্তুনা লৈরিবা বুদ্ধি-লৌশিং মচেৎ খরদা ঐগীনি হায়না চাওথোকচরিবা অসিবু শ্রীনামগী মরি ওইবদা চঙজদুনা পীথোকপা কৎথোকপা তমজবগী থৌরাং অমনি, নামার্থস্মরণ অসিনা শ্রীগোপাল-নচিংবা শ্রীনামগী শক্তমদা লেঙথরক্লবা শ্রীগোপাল

ভগবনগী সেবা ওইসন্নু নিংজবনি। নামার্থস্মরণ অসি ইজবা অসিদা স্বর্গীয় পণ্ডিত রামনারায়ণ স্মৃতিভূষণগী শ্রীগোপালসহস্র-নামগী বালবোধিনী টীকাদা লৌখৎপিরম্বা শ্রুতি স্মৃতি পুরাণগী বচন প্রমাণ কয়ানা থোইদোক্লা মৈরা ওই। অসিগীদমক্তা পূজ্য স্মৃতিভূষণগী লমন ভোল্লবনি। ইতিশম্

ভোল্লবা অমগী নিবেদন।

## অথ শ্রীগোপাল কবচম্

### শ্রীমহাদেব উবাচ

অথ বক্ষ্যামি কবচং গোপালস্য জগদ্গুরোঃ।
যস্য স্মরণমাত্রেন জীবন্মুক্তো ভবেন্নরঃ ॥১॥
শৃণু দেবি প্রবক্ষ্যামি সাবধানাবধারয়।
নারদোঽস্য ঋষির্দ্দেবি ছন্দোঽনুষ্টুবুদাহৃতম্ ॥২॥
দেবতা বালকৃষ্ণশ্চ চতুর্ব্বর্গ প্রদায়কঃ।
শিরো মে বালকৃষ্ণশ্চ পাতু নিত্যং মম শ্রুতিঃ ॥৩॥
নারায়ণঃ পাতু কণ্ঠং গোপীবন্দ্যঃ কপোলকম্।
নাসিকে মধুহা পাতু চক্ষুষী নন্দনন্দনঃ ॥৪॥
জনার্দ্দনঃ পাতু দন্তান্ অধরং [illegible]।
ঊর্দ্ধোষ্ঠং পাতু বারাহশ্চিবুকং কেশিসূদনঃ ॥৫॥
হৃদয়ং গোপীকানাথো নাভিং সেতুপ্রদঃ সদা।
হস্তৌ গোবর্দ্ধনধরঃ পাদৌ পীতাম্বরোঽবতু ॥৬॥
করাঙ্গুলীঃ শ্রীধরো মে পাদাঙ্গুল্যঃ কৃপাময়ঃ।
লিঙ্গং পাতু গদাপাণির্ব্বালক্রীড়া মনোরমঃ ॥৭॥
জগন্নাথঃ পাতু পূর্ব্বং শ্রীরামোঽবতু পশ্চিমম্।
উত্তরং কৈটভারিশ্চ দক্ষিণং হনুমৎ প্রভুঃ ॥৮॥
আগ্নেয্যাং পাতু গোবিন্দো নৈঋর্ত্যাং পাতু কেশবঃ।
বায়ব্যাং পাতু দৈত্যারি রৈশান্যাং গোপনন্দনঃ ॥৯॥

উদ্ধং পাতু প্রণম্বারি রধঃ কৈটভমর্দ্দনঃ।
শয়ানং পাতু পুতাত্মা গতৌ পাতু শ্রিয়ঃ পতিঃ ॥১০॥
শেষঃ পাতু নিরালম্বে জাগ্রদ্ভাবে হ্যপাং পতিঃ।
ভোজনে কেশিহা পাতু কৃষ্ণঃ সর্ব্বাঙ্গ সন্ধিষু ॥১১॥
গণনাসু নিশানাথো দিবানাথো দিনক্ষয়ে।
ইতি তে কথিতং দিব্যং কবচং পরমাদ্ভুতম্ ॥১২॥
য. পঠেন্নিত্যমেবেদং কবচং প্রযতো নরঃ।
তস্যাশু বিপদো দেবি নশ্যন্তি রিপুসঙ্ঘতঃ ॥১৩॥
অন্তে গোপালচরণং প্রাপ্নোতি পরমেশ্বরি।
ত্রিসন্ধ্যমেকসন্ধ্যং বা যঃ পঠেচ্ছৃণুয়াদপি ॥১৪॥
তং সর্ব্বতো রমানাথঃ পরিপাতি চতুর্ভুজঃ।
অজ্ঞাত্বা কবচং দেবি গোপালং পূজয়েদ্ যদি ॥১৫॥
সর্ব্বং তস্য বৃথা দেবি জপহোমার্চ্চনাদিকম্।
স শস্ত্রঘাতং সংপ্রাপ্য মৃত্যুমেতি ন সংশয়ঃ ॥১৬॥

ইতি শ্রীনারদপঞ্চরাত্রে জ্ঞানামৃতসারে চতুর্থরাত্রে
শ্রীগোপাল কবচং নাম সপ্তমোঽধ্যায়ঃ।

শ্রীগণেশায় নমঃ

## অথ শ্রীগোপাল সহস্রনাম-শাপমোচনম্

ওঁ অস্য শ্রীগোপাল-সহস্রনাম স্তোত্র শাপমোচনমন্ত্রস্য
শ্রীবামদেবঋষিঃ, শ্রীগোপালো দেবতা, পঙক্তিশ্ছন্দঃ
শ্রীসদাশিব বাক্য শাপাদ্ বিমুক্ত্যর্থেজপে বিনিয়োগঃ।
ওঁ বামদেবায় ঋষয়ে নমঃ। শিরসি।
ওঁ শ্রীগোপালদেবতায়ৈ নমঃ। মুখে।
ওঁ পঙ্‌ক্তিশ্ছন্দসে নমঃ। গুহ্যে।
ওঁ সদাশিববাক্যশাপবিমুক্তয়ে নমঃ। সর্ব্বাঙ্গে।
ওঁ ঐঁ অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ।
ওঁ ক্লীঁ তর্জ্জনীভ্যাং নমঃ।
ওঁ হ্রীঁ মধ্যমাভ্যাং নমঃ।
ওঁ শ্রীঁ অনামিকাভ্যাং নমঃ।
ওঁ বামদেবায় কনিষ্ঠিকাভ্যাং নমঃ।
স্বাহা করতলকরপৃষ্ঠাভ্যাং ফট্।
এবং হৃদয়াদি ন্যাসঃ।
যথা—ওঁ ঐঁ হৃদয়ায় নমঃ।
ওঁ ক্লীঁ শিরসি স্বাহা।
হ্রীঁ শিখায়ৈ বষট্।
ওঁ শ্রীঁ কবচায় হুঁ।
ওঁ বামদেবায় নেত্রত্রয়ায় বৌষট।

ওঁ স্বাহা অস্ত্রায় ফট্।
'ওঁ ভূর্ভুবঃ স্বরোম্' ইতি দিগবন্ধনম্।

অথ ধ্যানম্।
ধ্যায়েদ্দেবং গুণাতীতং পীতকৌশেয়বাসসম্।
প্রসন্নং চারুবদনং নির্গুণং শ্রীপতিং প্রভুম্॥

মন্ত্রো যথা
'ওঁ ঐঁ ক্লীঁ হ্রীঁ শ্রীঁ বামদেবায় স্বাহা' ইতি মন্ত্রঃ।
আদৌ অষ্টোত্তরশতং জপ্ত্বা নামানি সংজপেৎ।
অনেন বিধিনা ভক্ত্যা মন্ত্রসিদ্ধিপ্রদো ভবেৎ।
ইতি শ্রীগৌতমীয়তন্ত্রে গোপালসহস্রনাম-শাপমোচনং
সমাপ্তম্।

---

# শ্রীশ্রীগোপাল সহস্রনাম স্তোত্রম্

( নামার্থ স্মরণ—লোইনবা )

ওঁ কৈলাস শিখরে রম্যে গৌরী পৃচ্ছতি শঙ্করম্ ।
ব্রহ্মাণ্ডাখিলনাথস্ত্বং সৃষ্টিসংহার-কারকঃ ॥১॥
ত্বমেব পূজ্যসে লোকৈর্ ব্রহ্মবিষ্ণু সুরাদিভিঃ ।
নিত্যং পঠসি দেবেশ কস্য স্তোত্রং মহেশ্বর ॥২॥
আশ্চর্য্যমিদমাখ্যাতং জায়তে ময়ি শঙ্কর ।
তৎপ্রাণেশ মহাপ্রাজ্ঞ সংশয়ং ছিন্ধি মে প্রভো ॥৩॥

শ্রীমহাদেব উবাচ

ধন্যাসি কৃতপুণ্যাসি পার্ব্বতি প্রাণবল্লভে ।
রহস্যাতিরহস্যঞ্চ যৎ পৃচ্ছসি বরাননে ॥৪॥

---

নামার্থস্মরণ :—কৈলাসগী পূক্কিং হুরবা চিংদোল্দা গৌরী-দুর্গানা শঙ্করদা হংজখি। ব্রহ্মাণ্ড পূম্বগী মপু ওইরিবা জগৎ অসিবু শেম্বা য়োকপা অমস্তং লোইশিনবস্ত্র ইবুঙো নংনি ॥১॥

নামার্থস্মরণ :— ব্রহ্মা, বিষ্ণু, ইন্দ্রনচিংবা লোকশিং ভাক্লিবা লাই পূম্বনা ইবুঙো নংভবু পূজা তৌনরি। হে দেবেশ ! লাইগী মপু ! হে মহেশ্বর-অচৌবা ঈশ্বর। অসিগুম্বা ইবুঙো নংনা অমুক কনাগী মহিক মগুণ তৎতনা শক্লি-শোল্লি ॥২॥

নামার্থস্মরণ :—হে শঙ্কর ! য়াইফনবভা তৌবিবা ! হায়জগ্নিবা অসি ঐঙোন্দা অঙকপা পোকলে। মরম অদুনা হে প্রাণনাথ ! হে মহাপ্রভো ! হে প্রভো ! ঐগী চিংনরিবা অসি কোকহনবিয়ু ॥৩॥

নামার্থস্মরণ :— শ্রীমহাদেবনা তাকপিখি— হে পার্ব্বতি !— হিমালয়-পর্ব্বত-চিংগী মচানুপী ! হে প্রাণ বল্লভে ! প্রাণ প্রিয়ে !

শ্রীস্বভাবান্মহাদেবি পুনস্ত্বং পরিপৃচ্ছসি।
গোপনীয়ং গোপনীয়ং গোপনীয়ং প্রযত্নতঃ ॥৫॥
দত্তে চ সিদ্ধিহানিঃ স্যাৎ তস্মাদ্‌যত্নেন গোপয়েৎ।
ইদং রহস্যং পরমং পুরুষার্থপ্রদায়কম্ ॥৬॥
ধনরত্নৌঘ মাণিক্য-তুরঙ্গমগজাদিকম্।
দদাতি স্মরণাদেব মহামোক্ষ প্রদায়কম্ ॥৭॥

---

থরাইতারবী। হে বরাননে! মায়থোং ফজরবী! নং অসি ধন্যনি অমসুং পুণ্য চেনবীনি, মরমদি অথুপ্পা পুন্নমক্তগী হেন্না থুপ্পবা—হায়বদি য়াম্না চিক্লা য়োককমথোক্লবা অদুবু নংনা হংলি ॥৪॥

নামার্থস্মরণঃ—হে মহাদেবি। লাইরেমচৌবী! শ্রীস্বভাবাৎ - নুপীগী হৌনশা ওইগনবা, অপাম্বদা থিংবনাইদবা পুকচেলদগী নংনা হন্না হংলি, মাদুদি য়াম্না চেৎনা লুনা থুপ্পা থমগদবনি য়োক্লদবনি ॥৫॥

নামার্থস্মরণঃ-করি মরম্না থুপকদবনো? পাত্র চাদবদা পিরুরগা মহৈ য়াল্লোই, মরমসিনা চোকশিন্না থমগনি। করি মহৈ ওইগনি? ধর্ম্ম, অর্থ কাম অমসুং মোক্ষ পিনবা পরমরহস্যনি। পরমরহস্য হায়রুবদগী কৃষ্ণ প্রেমগী মশকওইবা মহৈ পীনগনি অমসুং প্রেম সেবাগী মশক ওইবা ফংগনি অসিমচিংবসু থংহনবনি ॥৬॥

নামার্থস্মরণঃ—গোপালগী নামশিংসিবু নিংজবতদা লনগী মপৈ, রত্নগী মপৈ, মণিমুক্তা, শগোল, শামুনচিংবা পিনবি অমসুং মহা-মোক্ষ হায়বদি বৈরাগ্য, প্রেমভক্তি, জ্ঞান মথং মথং পোক্লক্লুনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম সেবা ফাওবা পিনবনি ॥৭॥

অতেহহং সংপ্রবক্ষ্যামি শৃণুষ্বাবহিতা প্রিয়ে।
যোহসৌ নিরঞ্জনো দেবশ্চিৎস্বরূপী জনার্দ্দনঃ ॥৮॥

সংসারসাগরোত্তীর্ণ করণায় সদা নৃণাম্।
শ্রীগঙ্গাদ্রবরূপেণ ত্রৈলোক্যংব্যাপ্য তিষ্ঠতি ॥৯॥

ততো লোকা মহামূঢ়া বিষ্ণুভক্তি বিবর্জ্জিতাঃ।
নিশ্চয়ং নাধিগচ্ছন্তি পুনর্নারায়ণো হরিঃ ॥১০॥

---

নামার্থস্মরণ :—হে প্রিয়ে। মাদুবু নঙোন্দা ঐনা হায়গনি, নংনা পুক্নি' চংনা ভারো। ইবুঙোসিদি নিরঞ্জন—মায়াগী অমোংপা পঙুবনি, মরমদি চিৎস্বরূপী—অরেপ্পা জ্ঞানগী মশক্তি, দেব - স্বয়ং-প্রকাশ-মশানা ঙানবনি, জনার্দ্দন—কন্নবশিংবু মাংহনবিবা, অকন্নবশিংগী প্রেমতনা ফংজবা ভক্তগী অরেপ্পা মুঙাইবা পীবিবনি ॥৮॥

নামার্থস্মরণ :—ইবুঙো মহাক্না মীওইবা পুন্নমকপু সংসার ঈপাক্তগী লান্নবগীদমক্তা শ্রীগঙ্গা—ঈচেল ওইবিদুনা মরোল অহুম শিনথুংনা লৈবিরি। সরস্বতী দেবগী সংগীততা পেনবিরবা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শ্রীগঙ্গা অসি ওইখিবনি। (ব্রহ্ম° বৈবর্ত্তপু°) ॥৯॥

নামার্থস্মরণ :— মতুংদা মহামূঢ়া—অক-ফঙগী বাখল য়াওদ্রবা, মরমদুনা বিষ্ণুভক্তি লৈত্রবা মীওইশিংনা অরেপ্পদু খংনরক্তরে, মতম অদুদা অমুকহন্না শ্রীনারায়ণ হরিনা (অবতার তৌবিরি, লেংবিরকই) ॥১০॥

নিরঞ্জনো নিরাকারো ভক্তানাং প্রীতিদায়কঃ।
বৃন্দাবনবিহারায় গোপালং রূপমুদ্বহন্ ॥১১॥
মুরলী বাদনধারী রাধায়ৈ প্রীতিমাবহন্।
অংশাংশেভ্যঃ সমুন্মীল্য পূর্ণরূপকলাযুতঃ ॥১২॥
শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রো ভগবান্ নন্দগোপবরোদ্যতঃ।
ধরণী রূপিণী মাতৃ যশোদানন্দ দায়কঃ ॥১৩॥
দ্বাভ্যাং প্রয়াচিতো নাথো দেবক্যাং বসুদেবতঃ।
ব্রহ্মণাভ্যর্থিতো দেবো দেবৈরপি সুরেশ্বরি ॥১৪॥

---

নামার্থস্মরণ :- নিরঞ্জন- মায়াপক্তবা, নিরাকার—মায়াগী মূর্তি নত্তবা হায়বদি সচ্চিদানন্দ মূর্তি ওইবা, ভক্তগী অপাম্বা থুংহনবিবা, (নারায়ণ হরিনা) বৃন্দাবন-বিহারগীদমক গোপালগী মশক লৌবিরদুনা বজবৃন্দাবনদা ফাওবিরকই ॥১১॥

নামার্থস্মরণ : অমসুং মুরলী খোংবা পাইরিবা রাধাবু পেলহল্লিবা, অংশ-অংশ অবতার পুম্বদগী হেন্না শুণ কোংদোক্লগা মপুং ফাবা রূপ-কলানা তিল্লবা শ্রীগোপালনা বৃন্দাবনদা ডানবিরৈ ॥১২॥

নামার্থস্মরণ :—অমসুং নন্দগোপগী অপাম্বা থংহনবিরবা ধরণী (ধরা) গী মশক ওইবী মমা যশোদাগী আনন্দ পিরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা শ্রীবৃন্দাবনদা ডানবিরৈ ॥১৩॥

নামার্থস্মরণ :—মথক্কী মপোক্তা দ্রোণ-বসু কৌরম্বা মপোকসিগী নন্দরাজ অমসুং বসুগী মুপী ধরা—মপোকসিদা যশোদা অনিনা মচাওইনা য়োকচগে হায়না প্রার্থনা তৌজখিবা, পৃথিবী অমসুং

**জাতোঽবন্যাং চ বসুতো মুরলীবাদনেচ্ছয়া।**
**তয়া সার্দ্ধং বচঃ কৃত্বা ততোজাতো মহীতলে ॥১৫॥**
**সংসারসারসর্ব্বস্বং শ্যামলং মহদুজ্জ্বলম্।**
**এতজ্জ্যোতিরহং বন্দ্যং চিন্তয়ামি সনাতনম্ ॥১৬॥**
**গৌরতেজো বিনা যস্তু শ্যামতেজঃ সমর্চ্চয়েৎ।**
**জপেদ্বা ধ্যায়তে বাপি স ভবেৎপাতকী শিবে ॥১৭॥**
**স ব্রহ্মহা সুরাপী চ স্বর্ণস্তেয়ী চ পঞ্চমঃ।**
**এতৈর্দোষৈর্বিলিপ্যেত তেজোভেদান্মহেশ্বরি ॥১৮॥**

ইন্দ্র-চিংবগী প্রার্থনাদগী ব্রহ্মানন্দ হায়জরবা জগৎকী মপুনা হে সুরেশ্বরি! দুর্গে! পৃশ্নি—বসুদেবদগী সুতপা—দেবকীদা অপোকপা মচা ওইনা খাংবিংকখি অবতার তৌবিখি ॥১৪॥

নামার্থস্মরণ:—প্রার্থনাগী মতুংদা পৃথিবীদসু বাঁশি খোং-নিবনা শ্রীরাধাগা খাং-লেপ্পরগা কন্সগী মখা পোন্না পোকপা শিংবা ইরুম্বোনা বসুদগী পৃথিবীদা পোকপিখি ॥১৫॥

নামার্থস্মরণ: সংসারগী মচি-মরুওইবা ললপুম্বগী মশক স্নানচিংবনসু থুরুম্নরিবা, সুম্না লৈরক্লবা, লুরবা-লংলবা শংবান্নরবা জ্যোতিঃ অসিবু ঐনা স্মরণ—নিংশিংলি ॥১৬॥

নামার্থস্মরণ:—হে শিবে. মঙ্গলগী মশক ওইবী! গৌরতেজ—শ্রীরাধাবু খাদোক্লগা শ্যামতেজ—শ্রীকৃষ্ণবুত পূজা, জপ অমসুং ধ্যান তৌরিবা মী অদু পাতকী—পাপী ওই ॥১৭॥

নামার্থস্মরণ:—পাপী ওই হায়বিদ্রে—হৌজিক পাপ মখলদু তাকপিরি—হে মহেশ্বরি। দুর্গে! শ্রীরাধাবু হন্দোক্লগা শ্রীকৃষ্ণবুত

তস্মাদ্ জ্যোতিরভূদ্দ্বেধা রাধামাধবরূপকম্ ।
তস্মাদিদং মহাদেবি গোপালেনৈব ভাষিতম্ ॥১৯॥
দুর্ব্বাসসো মুনের্মোহে কার্ত্তিক্যাং রাসমণ্ডলে ।
ততঃ পৃষ্টবতী রাধা সন্দেহং ভেদমাত্মনঃ ॥২০॥
নিরঞ্জনাৎ সমুৎপন্নং ময়াধীতং জগন্ময়ি ।
শ্রীকৃষ্ণেন ততঃ প্রোক্তং রাধায়ৈ নারদায় চ ॥২১॥

---

নিংলবা মী অদুদা ব্রাহ্মণ-হাৎপা, যু থকপা, সনা হুরানবা, গুরুগী মুপী য়েংবা অমসুং যণ হাৎপা নত্রগা সঙ্গদোষ মডাসিগী পাপ লৈগনি। মরমদি শ্রীরাধা কৃষ্ণবু তোঙান্নবনি হায়বা রাখলদগীনি ॥১৮॥

নামার্থস্মরণঃ—ভক্তশিংবু নুংশিবিবদগী উপাসনাদা মুন্ডাই-নবগীদমক গৌর-শ্যাম জ্যোতিঃ অমতনা শ্রীরাধা-কৃষ্ণ মূর্ত্তি অনি ওইবনি। মরম অসিনা অথুপ্পনি হায়বদি শ্রীগোপালমক্তা শ্রীরাধিকাদা হায়বিখি। শ্রীরাধানা চানবিদুনা শিব ঐডোন্দা তাকপিখিবনি ॥১৯॥

নামার্থস্মরণঃ—কার্ত্তিকী পূর্ণিমাগী-মেরাগী থানিন্দা রাসমণ্ডলদা রাসলীলা লোইরকপদা দুর্ব্বাসা মুনিগী মোহ পোকই—ঈশ্বরনা অতোপ্পা মুপীগা শান্নবরা হায়না চিন্নবা ওইখি—মাদুদা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণদা মশাবু শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙানবরা অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু ইবেম্মদগী তোঙানবরা হংজখি ॥২০॥

নামার্থস্মরণঃ—হে জগন্ময়ি! তাইবংপানগী মশক ওইরিবি। নিরঞ্জন—মায়া পল্লবা ঈশ্বরদগী সহস্রনাম তত্বসি থোকখিবনি, মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধা অমসুং নারদদা তাকপিবনি অমসুং শ্রীরাধাদগী শিব ঐনা তমজবনি ॥২১॥

**ততো নারদতঃ সর্ব্বে বিরলা বৈষ্ণবা জনাঃ।**
**কলৌ জানন্তি দেবেশি গোপনীয়ং প্রযত্নতঃ ॥২২॥**
**শঠায় কৃপণায়াথ দাম্ভিকায় সুরেশ্বরি।**
**ব্রহ্মহত্যামবাপ্নোতি তস্মাদ্যত্নেন গোপয়েৎ ॥২৩॥**

**ওঁ অস্য শ্রীগোপালসহস্রনাম স্তোত্রমন্ত্রস্য শ্রীনারদ-ঋষিঃ অনুষ্টুপছন্দঃ, শ্রীগোপালোদেবতা, কামো বীজং, মায়া শক্তিঃ চন্দ্রঃ কীলকং, শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রভক্তিরূপফলপ্রাপ্তয়ে শ্রীগোপালসহস্রনাম পাঠে বিনিয়োগঃ ॥২৪॥**

---

নামার্থস্মরণ :- হে দেবেশি-পার্ব্বতি! মথং মথং ওইনা কলিদা নারদদগী অথমরবা বৈষ্ণবশিংনা খংনবনি। অতুনা চেকশিন্না যোক্লদবনি ॥২২॥

নামার্থস্মরণ :—হে সুরেশ্বরি! লাইবুঙ্গ-লাক্লিবী! শঠ —মীনম-শোরিবা, কৃপণ—লিকপা, হায়বদি মতু-মচা মনাই পীজনিংদবা অতিথি দেবতাদা দান তৌনিংদবা, দাম্ভিক ধর্ম্মবতি —ধর্ম্ম লৈবনি কায়না পোংবা, হায়ব্রিবশিংসিদা নাম তত্ত্বসি তাক্লবদি ব্রহ্মহত্যা পাপ পুগনি ॥২৩॥

অর্থ :—অহানবদা মঙ্গল খংনবা ওঁ শোনগনি। শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি পাম্বা ভক্তনা পাঠ তৌরমদাইদা নামস্তোত্র মন্ত্রসিগী লম-জিংবিবা ঋষি নারদনি, ছন্দঃ অনুষ্টুপ্‌নি, নিংগদবা দেবতা শ্রীগোপালনি, কাম (ক্লীঁ) বীজনি, মায়া (হ্রীঁ) শক্তিনি, চন্দ্র (শ্রৌঁ) কীলকনি, থম্মূনা শোন্নগা থুং য়েংনা ঈশিং লৌরগা লৈবাক্তা হৈগনি ॥২৪॥

যদ্বা ঐঁ ক্লীঁ বীজং, শ্রীঁ হ্রীঁ শক্তিঃ, শ্রীবৃন্দাবননিবাসঃ কীলকং, শ্রীরাধাপ্রিয়ং পরং ব্রহ্ম ইতি মন্ত্রঃ ধর্ম্মাদিচতুর্ব্বিধ পুরুষার্থ সিদ্ধয়ে জপে বিনিয়োগঃ ॥২৫॥

হৃদয় ন্যাসঃ। ওঁ নারদ ঋষয়ে নমঃ। শিরসি। ওঁ অনুষ্টুপ ছন্দসে নমঃ। মুখে। ওঁ শ্রীগোপালদেবতায়ৈ নমঃ। হৃদয়ে। ওঁ ক্লীঁ বীজায় নমঃ। নাভৌ। ওঁ হ্রীঁ শক্তয়ে নমঃ। গুহ্যে। ওঁ গ্লৌঁ কীলকায় নমঃ। পাদয়োঃ। ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজনবল্লভায় স্বাহা ইতি মূল মন্ত্রঃ ॥২৬॥

---

মথল অমনা,– অহানবদা ধর্ম্ম-অর্থ-কাম্ অমসুং মোক্ষ পাম্বা ভক্তনা পাঠগী মমাংদা ······ ·· নাম-স্তোত্র-মন্ত্র অসিগী ঐঁ ক্লীঁ বীজনি, শ্রীঁ হ্রীঁ শক্তিনি, শ্রীবৃন্দাবন ধাম কীলকনি, শ্রীরাধাপ্রিয়ং পরং ব্রহ্ম-মন্ত্রনি থংনা শোন্দুনা য়েংকী খুৎনা ঈশিং খর লৈবাক্তা হৈদোকনি ॥২৫

অথ ন্যাস :–"ওঁ নারদ ঋষয়ে নমঃ" -শোন্দুনা খুৎয়াইনা কোক্তা শোকনি। "ওঁ অনুষ্টুপ ছন্দসে নমঃ"- শোন্দুনা খুৎ-নিংথৌনা চিন্দা শোকনি। "শ্রীগোপালদেবতায়ৈ নমঃ"—শোন্দুনা খুদোনপুম্বনা হৃদিদা শোকনি। "ক্লীঁ বীজায় নমঃ" - শোন্দুনা খুৎনিংথৌ, খুয়াই, খুপী, খুনাওবী মরিনা খোয়দোদা শোকনি। "ওঁ হ্রীঁ শক্তয়ে নমঃ"—শোন্দুনা খুদোনপুম্বনা গুহ্যদ্বারদা শোকনি। ওঁ গ্লৌঁ কীলকায় নমঃ"—শোন্দুনা খোঙ অনিদা শোকনি।

ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজনবল্লভায় স্বাহা। ইতি মূল মন্ত্রঃ ॥২৬॥

ন্যাসঃ।— ওঁ ক্লাঁ অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ। ওঁ ক্লীঁ তর্জ্জনী-ভ্যাং নমঃ। ওঁ ক্লূঁ মধ্যমাভ্যাং নমঃ। ওঁ ক্লৈঁ অনামিকাভ্যাং নমঃ। ওঁ ক্লৌঁ কনিষ্ঠিকাভ্যাং নমঃ। ওঁ ক্লঃ করতলকর-পৃষ্ঠাভ্যাং ফট্। ওঁ ক্লাঁ হৃদয়ায় নমঃ। ওঁ ক্লীঁ শিরসে স্বাহা ওঁ ক্লূঁ শিখায়ৈ বষট্। ওঁ ক্লৈঁ কবচায় হুঁ। ওঁ ক্লৌঁ নেত্রত্রয়ায় বৌষট্। ওঁ ক্লঃ অস্ত্রায় ফট্।২৭।

অর্থ করন্যাস :— ওঁ ক্লাঁ অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ - মত্রসিনা খুপীনা খুপোম্বী শোকনি। ওঁ ক্লীঁ তর্জ্জনীভ্যাং নমঃ— অসিনা খুদোম্বীনা খুপী শোকনি। ওঁ ক্লূঁ মধ্যমাভ্যাং নমঃ —অসিনা খুপীনা খুয়াই শোকনি। "ওঁ ক্লৈঁ অনামিকাভ্যাং নমঃ —অসিনা খুপীনা খুনিংথৌ শোকনি। ওঁ ক্লৌঁ কনিষ্ঠিকাভ্যাং নমঃ —অসিনা খুপীনা খুনাওবী শোকনি। ওঁ ক্লঃ করতলকরপৃষ্ঠাভ্যাং ফট্—শোনতুনা খুৎ অনি লৈনরগা খুনম অনি শোক্লগনি। ওঁ ক্লাঁ হৃদয়ায় নমঃ — খুদোন পুম্নমক্লা হৃদিনা, ওঁ ক্লীঁ শিরসে স্বাহা- খুৎয়াইনা কোক্লা, ওঁ ক্লূঁ শিখায়ৈ বষট্- খুৎয়াইনা শিখাদা, ওঁ ক্লৈঁ কবচায় হুঁ —য়েৎকী খুদোনপুম্বনা ওইগী পাম্বোম মরুদা অমসুং ওইগী খুদোনপুম্বনা য়েৎকী পাম্বোম মরুদা, ওঁ ক্লৌঁ নেত্রত্রয়ায় বৌষট্ —খুদোন্‌বী খুৎয়াই খুৎনিংথৌ অহুম্না মিৎ অহুমদা শোকনি। ওঁ ক্লঃ অস্ত্রায় ফট্—অসিনা খুদোন্‌বী-খুৎয়াই অনিনা হকচাং কোয়রগা ওইগী খুদোন্ অনিদা শোকনি ॥২৭॥

অথ মূলমন্ত্রন্যাসঃ। ওঁ ক্লীঁ অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ ওঁ কৃষ্ণায় তর্জ্জনীভ্যাং নমঃ। ওঁ গোবিন্দায় মধ্যমাভ্যাং নমঃ। ওঁ গোপীজন অনামিকাভ্যাং নমঃ। বল্লভায় কনিষ্ঠিকাভ্যাং নমঃ। ওঁ স্বাহা করতলকরপৃষ্ঠাভ্যাং ফট্। ওঁ ক্লীঁ হৃদয়ায় নমঃ। ওঁ কৃষ্ণায় শিরসে স্বাহা। ওঁ গোবিন্দায় শিখায়ৈ বৌষট্ গোপীজন কবচায় হুঁ। বল্লভায় নেত্রত্রয়ায় বৌষট্। ওঁ স্বাহা অস্ত্রায় ফট্। ইতি মূল মন্ত্রন্যাসঃ ॥২৮॥

অথধ্যানম্

ওঁ কস্তুরীতিলকং ললাট-পটলে বক্ষস্থলে কৌস্তুভং,
নাসাগ্রে বরমৌক্তিকং করতলে বেণুং করে কঙ্কণম্।
সর্ব্বাঙ্গে হরিচন্দনং সুললিতং কণ্ঠে চ মুক্তাবলি
গোপস্ত্রী পরিবেষ্টিতো বিজয়তে গোপাল চূড়ামণিঃ ॥২৯॥

---

অর্থ—মূলমন্ত্রগী মন্ত্র শরুক অমম্মা হকচাংগী কায়াৎশিং শোকপা অসিদসু মথক্তা হায়খ্রিবা করন্যাস অমসুং হৃদয়ন্যাসগী খুলোন্দুনি ॥২৮॥

ধ্যানগী অর্থ—শ্রীগোপালদেববু মথাগীসুম্না নিংশিংগনি—লাইবক্তা কস্তুরীগী চন্দন থিল্লি, থবাক্তা কৌস্তুভমণি লৈতেংলি, নাতোন্দা হাই-হুম্নবা মুক্তা য়াল্লি, খুত্তা বেণু বাঁশি পায়রি, খুজেংদা খুজি শিন্নি, হকচাং পুম্বদা হরিচন্দন তৈরি, (জাচন্দনবু, অমদি তুলসী কাষ্ঠ, কর্পূর, আগুরু য়াল্লবা অমসুং কেশর য়ান্‌বা চন্দনবু হরিচন্দন কৌই) ওকশমদা মুক্তাগী মালা থোল্লি, মাইকৈ পুম্বদা গোপীনা কোইশিল্লি, অসিগুম্বা গোপাল চূড়ামণিনা থেম্না

ফুল্লেন্দীবর কান্তিমিন্দুবদনং বর্হাবতংসপ্রিয়ম,
শ্রীবৎসাঙ্কমুদার কৌস্তুভধরং পীতাম্বরং সুন্দরং।
গোপীনাং নয়নোৎপলার্চ্চিততনুং গো-গোপসংঘাবৃতং
গোবিন্দং কলবেনু বাদনপরং দিব্যাঙ্গভূষং ভজে ॥৩০॥
ইতি ধ্যানম্

---

ঙানখোইরি। অসুম্না নিংশিংদুনা পূক্লিংনা খুরুমগনি,— অসি মানসিক নমস্কার খ'নবনি। ॥২৯॥

ফুল্লেন্দিবর্সিংবগী অর্থ —শাংলবা অশংবা থম্বাল মান্বা (হকচাংগী) মডাম্নি, থাজমানবা মাইথোংনি, কোক্তা বাহোংগী চূড়াগী লৈতেংনা পূক্লি' হুবনি, থবাক্তী য়েক্তা শ্রীবৎস, ওইদা লক্ষ্মী অমসুং ময়াইদা ভৃগুমুনিগী চিহ্ন লৈবনি, সনাফিগে শেংপনি, গোপীশিংগী মীৎকী থম্বালনা পূজা তৌরিবা হকচাংনি, গো-গোপ-ময়াম্না কোইরিবনি, শুদ্ধভক্তি-জ্ঞানতনা ফংজবা য়াবা গোবিন্দনি, নৌনা মুংশিনা বাঁশি খোংলিবনি, মক্তু্বা শ্রীঅঙ্গদা অ'ভরন নোপুরন চিংবা খোনবনি। (অসিগুম্বা গোপালবু প্রিয়ে! নিংশিংদুনা শিব ঐনা বাহৈ, পূক্লি অমসুং হকচাংগী কর্ম্ম পুম্নমক্তা সেবা তৌজরি। ॥৩০॥

---

## অথ শ্রীগোপাল সহস্রনাম-প্রারম্ভ

(ওঁ ক্লীঁ দেবঃ কামদেব কামবীজ শিরোমণিঃ।)

ওঁকার-ক্লীংকার অনিমক্ সচ্চিদানন্দ-ব্রহ্মগী বীজনি খোন্-থোক্তী মশক ওইবা ব্রহ্মগী শক্তিনি, —(শব্দময় ব্রহ্মনি—নাম ব্রহ্মনি

ওঁকারনা জ্ঞানবু মপুম্ ওইনা ফোঙদোকপনি, ক্লীঁকারনা প্রেম-রসবু মপুম্ ওইনা ফোঙদোকপনি। অনিসিবু বৈদিক ঋষিশিংনা অমত্তনি হায়না লৌই। অদুনা শ্রীগোপালধ্যানগী "কলবেণুবাদন পরং" অমসুং শ্রীমদ্ ভাগবতকী "জগৌ-কলংবামদৃশাংমনোহরং"—অসিদা যাওরিবা "কল" শব্দনা ওঁকারগী অর্থ ফোঙদোকপা কাম বীজবু বেণুগানা খোংলি হায়নৈ। তৌইগুম্বসুং জ্ঞানিনা ওঁকারনা মপুং ওইনা, ভক্তপ্রেমিকশিংনা ক্লীঁকারনা মপুং ওইনা লৌনৈ। ভক্তশিংনা "ক্লীঁ" অসিমক্ যুগল মূর্তিনি—হায়রবদি সচ্চিদানন্দরসময় শ্রীকৃষ্ণ, সচ্চিদানন্দরসময়ী শ্রীরাধা অনিসিবু যুগলরূপনি হায়না ধ্যান তৌনরি। অনিসি অওইবমক্তি অমত্ত-মক্তি, লীলারস আস্বাদনগীদমক অনি ওইবনি। ওঁ ব্রহ্মবীজদা আত্মাসিমক্তি নিংবনা সচ্চিদানন্দ রূপ ওইবনি। ক্লীঁ বীজদা (ব্রহ্ম) শ্রীকৃষ্ণ নীংজবনা সচ্চিদানন্দ প্রেমরসবু আস্বাদন তৌজনুনা তোঙানবগুম্না লৈবনি। জ্ঞানিশিংদা ব্রহ্মরূপ ওইনা প্রকাশ তৌবিবা অমসুং ভক্তশিংদা প্রেমরসগী পামজবা থোজালগী মূর্তি প্রকাশ তৌবিবা অনিসি ব্রহ্মগী স্বভাবনি হায়বসি ভক্তশিংগী অরেপ্পনি। হৌজিক্ বীজসিদগী নাম লিশিং অমা শন্দোক্পহু ঐখোয়না য়েংলগনি।

অসিদগী শ্রীগোপাল ব্রহ্ম-ভগবান্গী নাম লিশীং অমবু দুর্গা দেবীদা শ্রীমহাদেবনা ওকপিবা হৌবনি। অসিদা য়েংশিনগদবদি —নাম লিশীং অসিনা ফত্তবা কর্ম্মগী পাপ অমসুং পোকপা-শিবা-সংসারগী অকিবা কোংপা ওই। শ্রীগোপাল ব্রহ্ম-অমত্ত-মক্তি অদুবু নাম লিশীং অমা ওইবগী মরম— নিমিত্তশক্তিশিংনি।

নিমিত্তশক্তি হায়বদি নাম—(শব্দ) অসিনা অর্থ অসিবু খণ্ডনগনি হায়বা ঈশ্বরগী নত্রগা কনাগুম্বা মী অমগী সংকেত অদুবু নিমিত্ত-শক্তি হায়নবনি। শক্তি-সংকেত অসি—(১ সম্বন্ধ,-(মরি-লৈনব) (২) গুণ,—( মচু মমেন মঙৌ ), (৩) ক্রিয়া,—(পৌ-থবক্-চৎপা চাবনচিংবা ), (৪) জাতি,—( ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়-শাস্ত্রণ অসিনচিংবা ), (৫) রুঢ়ি,—( ঋষি-মুণিশিংনা শব্দ-শোয়নরকপা ) মখল মঙাসিদা চৎনবনি। সগুণব্রহ্মদা শক্তিশিংসি লৈ; শক্তিশিং অদুনা মরম ওইরদুনা অমত্তা ওইবা ইবুঙোগী নাম লিশিং অমা থোক্পনি। নাম অদুদা লৈরিবা শক্তিদুগী প্রভাব ( মহিক-মগুণ ) অদু নাম শোঙরিবা মীদুদা চঙলকপনি। নির্গুণ ব্রহ্মদদি হায়রিবা নিমিত্তশক্তিশিংসি লৈতে।

( অসি বিষ্ণুধর্মোত্তরপুরাণগী ভাবনি )

**শ্রীগোপালো মহীপালঃ সর্ব্ববেদাঙ্গ পারগঃ।**
**কৃষ্ণঃ কমলপত্রাক্ষঃ পুণ্ডরীকঃ সনাতনঃ ॥১॥**

---

নামার্থস্মরণঃ।—১ শ্রিগোপালঃ —সনা লুপানচিংবা লন ফংহন্‌বিদুনা নামসি শোন্‌জরিবশিংবু য়োকপিবনি, সুদর্শন চক্রনা ভক্তশিংবু ঙাকহনবিবনি, পারিজাত হুরুদুনা রুক্মিনী অমদি সত্যভামা অনিগী মনিং থুংহনবিবনি, শ্রীরাধাগা লোইনবা গোপরূপনি, মাইকৈ, মীৎয়েং, (দর্শন-জ্ঞান) মণ্ডাল, স্বর্গ, ব্রজ, নহৈ, তেন, ঈশিং, লৈবাক্, শা অমসুং যগ মথল তরাসিবু গো-শব্দনা থংনবনি অদুনা তরা অসিবু য়োক্লি-শেল্লিবনি।

(২) মহীপালঃ – মহী-ভক্তিবু য়োকপিবনি, মহীপঃ —লৈবাক্ ঙাক্পা পাণ্ডবনচিংবশিংগী লৈতেং ওইবনি, ঈশিং থকুনা হিংবা বৃন্দাবনগী উপাল হৈপাল উরিনচিংবগীসু লৈতেং ওইবিবনি, পৃথুরাজনচিংবগী শক্তমদা লৈবাক্ ঙাকপিবনি।

(৩) সর্ব্ববেদাঙ্গ পারগঃ –বেদ পুম্বগী অমসুং শিক্ষা কল্প-ব্যাকরণ, ছন্দঃ, জ্যোতিষঃ, নিরুক্ত, অঙ্গ তরুক্কী ভমথৈ য়োনা খঙবনি, সর্ব্ববেদান্ত পারগঃ – নাম ওইরবদি অর্থ বেদান্ত পুম্বা ভমথৈ য়োনা হৈবনি। যমুনাগী মপান্দা বেদান্ত, বেদাঙ্গ খংখিবনি।

( ৪ ) কৃষ্ণঃ —লাংগোন্‌গী অমুবা য়োৎকী লোংথুম ওইদুনা লৈবাক থোইবনি, কুচু মুবনি, পাপ কোকপিবনি, পুক্নিং হুবনি অমসুং পরিপূর্ণতম ব্রহ্মনি।

(৫) কমল পত্রাক্ষঃ — মিৎ অনিনা থম্বাল মনাগী মতৌনি।
(৬) পুণ্ডরীকঃ - হৃদয়কমলদা (থম্মোয় থম্বালদা) লৈবনি।

**গোপপতির্ভূপতিঃ শাস্তা প্রহর্ত্তা বিশ্বতো মুখঃ ।**
**আদিকর্ত্তা মহাকর্ত্তা মহাকালঃ প্রতাপবান্ ॥২॥**

(৭) সনাতনঃ —মমাংচৈদগী তৎবদনা অতুম লৈবনি, ব্রহ্মাগী মচা সনকসনন্দ সনাতনগী মশক ওইনা তপঃ শন্দোকশিবনি, মতম পুম্বদা তনৌ তনৌবনি ॥১॥

নামার্থস্মরণঃ। —(৮) গোপতিঃ —মিৎ-নাকোংনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংগী খোঙ-খুৎনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয়শিংগীসু মপুনি, মথৌ শিনবিবনি, গোপবেশদা ষণ শেনবনি, যজ্ঞনচিংবগী মওং ওইনা স্বর্গবু য়োক্লি-ডাক্লিবনি, সুমিৎ-থানচিংবা মডানগীসু মডাক্লি, মপুনি। (৯) ভূপতিঃ —লূম্লবা পাপ মাংহন্দুনা পৃথিবীবু য়োক-পিবনি, বরাহদেবগী শক্তমদা পৃথিবীগী মপু্রোইবা ওইবনি। (১০) শাস্তা— স্বায়ম্ভুবনচিংবা মপুগী শক্তমদা ধর্ম্মগী শাসন তৌবনি অমসুং অধর্ম্মগী দণ্ড পিবনি। (১১) প্রহর্ত্তা—ভক্তগী তুলসীপত্রনচিংববু পেনবিনা লৌবিবনি, ভক্তগী পাপ মাংহন-বিবনি, শিশুপালনচিংববু য়েবনি। (১২) বিশ্বতোমুখঃ— বিশ্ব পুম্বগী প্রধাননি - লাৎকদবা নিংগদবা মশক্লি। (১৩) আদি-কর্ত্তা—লৈশেম্বা ব্রহ্মানচিংববুসু শেম্বিবনি। (১৪) মহাকর্ত্তা— ব্রহ্মানচিংববুসু থৌদা পিবিবনি, মহা-অকর্ত্তা—মশাদি কর্ম্ম তৌদবনি। (১৫ মহাকালঃ —পুম্নমকপু লোইশিনবা কালগীসু কালনি—কালগী কাল হায়বনি, ভক্তগী মৃত্যু অপমৃত্যু মাংহনবি-বনি। (১৬) প্রতাপবান - মতিক মগুণ চাওবনি—মমাথং হিক্-তোকপা ঙমদবনি, মমাথং লংলাদা তাইবং পুম্বা লেংলিবনি ॥২॥

**জগজ্জীবো জগদ্ধাতা জগদ্ভর্ত্তা জগদ্বসুঃ।**
**মৎস্যো ভীমঃ কুহুভর্ত্তা হর্ত্তা বারাহ মূর্ত্তিমান ॥৩॥**

---

নামার্থস্মরণঃ।— (১৭) জগজ্জীবঃ —জগৎপু হিংহনবনি, হায়বদি অচৎপা চত্তবা থরাই পানবা পুম্বদা জানগী মশক ওইনা চংদুনা ডাইবংপানবু হিংহনবনি। (১৮) জগদ্ধাতা— শ্রীবিষ্ণু-নচিংবগী শক্তম লৌবিদুনা ধর্ম্মগী লমতিংবিবনি, অনন্ত (শেষনাগ) নচিংবগী রূপ ওইদুনা জগৎপু পুন্নিবনি। (১৯) জগদ্ভর্ত্তা— চানবা-থকুবা পিবিদুনা জগৎপু য়োকপিবনি। (২০ জগদ্বসুঃ —জগৎ পুম্বদা অন্তর্যামী ওইনা লৈবনি, নোং-মুংশিং পিবি-দুনা জগৎপু নিংথিনা থম্বিবনি। (২১) মৎস্যঃ —মতমপুম্বদা হরাও-হরাওবা মায়থোংনি, বামচরণ ওইথংবা খোংদা মৎস্য— ডাগী মহেক লৈ হায়বদগী মৎস্য—বামন দেবনি, বেদবু লৌথৎ-নবগী দমক মৎস্য অবতার— ডাগী শক্তম লৌবিবনি। (২২) ভীমঃ —লাই অমম্বং মী পুম্নমক্না কিনবনি— অকিবা শক্তম্নি। (২৩) কুহুভর্ত্তা—কুহু থাশিদা য়োকপি-থাকপিবনি, হায়বদি মচামশুনা পার্ব্বণ শ্রাদ্ধনচিংবদা কচ্চবা অন্ন-জলনচিংববু পিতৃরূপ ওইবিদুনা পিতৃ-মাতৃশিংদা য়োহনবিবনি। ডাব অসি পিতৃলোক অহুম্নি স্বর্গ, অন্তরীক, মর্ত্ত্য অসিনি, অহুমসিদা লৈরবা পিতৃ-মাতৃশিংদা মচামশুনা কচ্চবা চিঞ্জাকশিংদু শ্রীগোপাল ভগবাননা পিবিরুদুনা য়োকপিবনি। (২৪) হর্ত্তা—নিংশিংবমক্তদা ভক্তশিংগী পাপকী মপৈবু মাংহনবিবনি, খুদোংথীবা পুম্বদগীম্ন ভক্তবু কনবিবনি। (২৫) বরাহমূর্ত্তিমান—পৃথিবীবু লৌথৎনবগীদমক্তা ওকী মশক লৌবিবনি,

নারায়ণো হৃষীকেশো গোবিন্দো গরুড়ধ্বজঃ।
গোকুলেন্দ্রো মহাচন্দ্রঃ শর্ব্বরীপ্রিয়কারকঃ ॥৪॥

---

ভূত-প্রেত চংদনবগীদমক্তা অভাং ওইরিবা গোপালদা ওকশাবা যত্ন যশোদানা শিবিবনি ॥৩॥

নামার্থস্মরণঃ।—(২৬) নারায়ণঃ —মীওইবা পুন্নমক্তী চংনফম্নি-নৈফম্নি। (২৭) হৃষীকেশঃ —ইন্দ্রিয়পুম্ববু লাক্লিবনি, কেন জীব ওইনা ইন্দ্রিয়গী মপুনি, ইন্দ্রিয় পুম্বসি মথুক্তা লৈবনি মথাপোন্‌বনি – পরমাত্মানি, নুমিৎ থংগী মশক ভগবানগী মঙাম্না সংসারবু হরাওহনবনি, ইবুঙো মাবু উবদভা নুঙাইবনি, ইবুঙো মাগী নুমিৎ মঙাম্না জীবশিংগী য়াকাই থৌদাপিবিবনি, থাগী মঙাম্না নুঙাই তুংখুন লাংবনি। (২৮) গোবিন্দঃ – "তত্ত্বমসি", "অহং ব্রহ্মাস্মি" অসিনচিংবা বেদগী বাক্যনা ফংবনি, বেদ পুন্নমকপু থংবনি, মমাংদৈঙদা মাংপ্রবা পাতাল য়োঙবা পৃথিবীবু ভগবাননা ফংখি, মাহুদগী দেবতাশিংনা গোবিন্দ কৌখিবনি, বণ শেল্লি য়োকই, জীব পুন্নমক্তী লোন থংই। (২৯) গরুড়ধ্বজঃ —লানগী ফিরান্দা গরুড় য়েকপনি, গরুড় তোংবনি। (৩০) গোকুলেন্দ্রঃ —গোকুল-ঐশ্বর্য্যগী মপুনি, যশ-য়াম লোইবনি। (৩১) মহাচন্দ্রঃ —থাগীসু থানি; -হায়বদি থানা মপান্দভা ঙানবনি, ইবুঙোদি নুং-পান থুংনা ঙানবনি। (৩২) শর্ব্বরী প্রিয়কারকঃ —শর্ব্বরী কৌবী অমগী পেন্নবা ওইবিবনি। ॥৪॥

**কমলামুখলোলাক্ষঃ পুণ্ডরীকঃ শুভাবহঃ ।**
**দুর্ব্বাসাঃ কপিলো ভৌমঃ সিন্ধুসাগরসঙ্গমঃ ॥৫॥**
**গোবিন্দো গোপতির্গোত্রঃ কালিন্দী প্রেমপূরকঃ**
**গোস্বামী গোকুলেন্দ্রো গোগোবর্দ্ধনবরপ্রদঃ ॥৬॥**

---

নামার্থস্মরণঃ। (৩৩) **কমলামুখলোলাক্ষঃ** —ইবুংঙোগী মায়-থোংবু য়েংজনিংবনা মিৎ তথক্লবী শ্রীলক্ষ্মী অমদি কমলা সখীনা ইবুঙেঙাগী ওইবনি। (৩৪) **পুণ্ডরীকঃ** – যশোদানচিংবনা ফিজেৎ লৈতেংবিবনি। (৩৫) **শুভাবহঃ** —মীশিংগী ফনবতা তৌবিবনি। (৩৬) **দুর্ব্বাসাঃ** —ফত্তবা মীশিংবু মাংহনবনি, ব্রহ্মানা যজ্ঞাও পুবা মতমদা যজ্ঞাও ওইদুনা তিংথো চাবনি, সংসার উপালগী মকৈ জীবদা পীজবনি। শিবগী অংশদগী ফংবা আত্রিমুনিগী মচানি। (৩৭) **কপিলঃ** —সাংখ্যতত্ত্ব শন্দোক্লগা মুনিনি, কর্দ্দমঋষিগী দেব-হুতিদা পোকপা মচানি, দৈত্যশিংবু কিহনবনি, য়োংদা মাখল পীজবনি, সুমিৎকী মঙান্-মশেক ওইদুনা ঈশিং চিংখৎপনি। (৩৮) **ভৌমঃ** পীতবর্ণ **অবতারনি**। মপূং ফাবা শিনথুংবনি, লৈবাক্তা হৌরিবা সনাখোংবাংনি, সুঙ-উনচিংবগী লিংখৎপা মূর্ত্তিদা চংদুনা লৈবনি—প্রতিমা-মূর্ত্তিনি। (৩৯) **সিন্ধু-সাগর-সঙ্গমঃ** —গাঙ্গাসাগর সঙ্গমদা ভগবান কপিল ওইদুনা লৈবনি। ॥৫॥

নামার্থস্মরণঃ।— (৪০) **গোবিন্দঃ** —যজ্ঞগীফল পিবিবনি অমসুং চাবনি, বেদবাণীদনা খংবনি। (৪১) **গোপতি**—মঙান লৈরবা সুমিৎনি, গীতানচিংবা তাক্পিদুনা বেদবু রক্ষা তৌবনি। (৪২) **গোত্রঃ** —থোইদোক্লা পৃথিবু য়োকপনি—হায়রবদি গোত্র-

**নন্দাদিগোকুলত্রাতা দাতা দারিদ্র্যভঞ্জনঃ।**
**সর্ব্বমঙ্গলদাতা চ সর্ব্বকামফলপ্রদঃ ॥৭॥**
**আদিকর্ত্তা মহীভর্ত্তা সর্ব্বসাগরসিন্ধুজঃ।**
**গজগামী গজোদ্ধারী কামী কামকলানিধিঃ ॥৮॥**

---

প্রবরনচিংবা থাইদোকপিদুনা পৃথিবীদা ধর্ম্ম ঙাক্পিবনি। (৪৩) কালিন্দীপ্রেমপূরকঃ —কালিন্দী যমুনাগী প্রেম মপুং কাহন্বিবনি। (৪৪) গোস্বামী বেদগী মপূনি.—বেদগী লম্বীনা কংবনি, পুরন্দর ইন্দ্র ওইদুনা বজ্রগী মপু ওইবনি, বুদ্ধি লাক্লিবনি, বুদ্ধিবু প্রকাশ তৌবনি। "গোপস্বামী" নাম ওইরবদি অর্থ—গোপগী মপুনি, লৈবাক্ ঙাকপশিংগী মপুনি। (৪৫) গোকুলেন্দ্রঃ —গোকুলগী ইন্দ্রনি, সুরভি (কামধেনু) না যণপুম্বগী মপু ওইনা অভিষেক তৌবনি। (৪৬) গোগোবর্দ্ধনবরপ্রদঃ —পৃথিবীদা লৈরিবা গোবর্দ্ধন ওইদুনা (তৌবগী) অপাম্বা থুংহনবনি ॥৬॥

নামার্থস্মরণঃ।— (৪৭) নন্দাদিগোকুলত্রাতা — নন্দনচিংবা গোপশিংবু অমসুং যণশিংবু গোবর্দ্ধন-থাঙ্গত্তুনা কনবনি, । (৪৮) দাতা—পাপীশিংবু মাংহন্বনি, শ্রীচরণ নিংজরিবশিংদা মশা ফাওনা পিবিবনি। (৪৯) দারিদ্র্যভঞ্জনঃ —লাইর কোকহনবনি। (৫০) সর্ব্বমঙ্গলদাতা—পুম্নমকী মঙ্গলপিবনি। (৫১) সর্ব্ব-কামপ্রদায়কঃ —অনিংবা পুম্বা থুংহন্বনি ॥৭॥

নামার্থস্মরণঃ।— (৫২) আদিকর্ত্তাঃ —ব্রহ্মানচিংবনগীসু অহানবা থৌবুনি, "অ" নচিংবা ময়েক পুম্বগী অহানবা পোক্লম্ফম্নি। (৫৩) মহীভর্ত্তাঃ —অনন্ত-নাগগী শক্তমদা পৃথিবীবু পুবনি,

**কলঙ্করহিতশ্চন্দ্রো বিম্বাস্যো বিম্বসত্তমঃ।**
**মালাকারঃ কৃপাকারঃ কোকিলাস্বরভূষণঃ ।৯॥**

---

শ্রীরামনচিংবগী শক্তম্‌দা লৈবাক ওাকপনি, পৃথিবীবু লোবনি। (৫৪) সর্ব্বসাগরসিন্ধুজঃ —সমুদ্র অমসুং গঙ্গাগী হৌৱকফম্নি, কপিল মুনি ওইদুনা সমুদ্র পুম্ববু গঙ্গা ওইহনবনি। (৫৫) গজগামী :- শ্রীরামরূপতা শত্রুঞ্জয়-কৌবা শামু তোংদুনা চৎপনি, শামুগী শাজৎকুম্বনি, ঐরাবত কুম্বা ইন্দ্রনা প্রার্থনাগীদমক্ মনাক্ত চংজবনি। (৫৬) গজোদ্ধারীঃ —গ্রাহ-কুম্ভীরগী খায়াগী গজিন্দ্রবু কনবিবনি, গজেন্দ্রগুম্বা ভক্তবু লালবিবনি। (৫৭) কামীঃ —পাম্মী- নিংঙি—জীবশিংদা দাস্যভক্তি পিবা পাম্মী—ভক্তগী নিংবা পুংহল্লিংঙি। (৫৮) কামকলানিধিঃ —কাম-কলা ৬৪ গী ভুংনফম্নি, কাম মধুরপ্রেম রস ৬৭ গী আশ্রয়নি ॥৮॥

নামার্থস্মরণঃ।—(৫৯) কলঙ্করহিতঃ - মিংচৎথীবা—অরাবা লৈতবনি, স্যমন্তক মণি সত্রাজিত্তা শিন্নবগা কলঙ্ক-কোকহনবনি। (৬০) চন্দ্রঃ —থা ওইদুনা জগৎপু মুঙাইহল্লি। (৬১) বিম্বাস্যঃ —তয়ানগুম্বা চিনবাম্নি, অয়েকপা মূর্ত্তিনা পাপ কোকপিবনি। (৬২) বিম্বসত্তমঃ —অয়েকপদগীস্ত হেন্না হেন্না ফজবনি। (৬৩) মালাকারঃ- কৃপাকারঃ —মালাজপ তৌজন্নিবশিংদা কামক্রোধনচিংবা মাং- হনবিদুনা কৃপা তৌবিবনি, মথুরাগী সুদামা মালাকারদা কৃপা তৌবিবনি। (৬৪) কোকিলাস্বরভূষণঃ —কোকিলবু হেনবা খোলখোকনি ॥৯॥

রামো নীলাম্বরো দেবো হলী দুর্দ্দামমর্দ্দনঃ।
সহস্রাক্ষ-পুরীভেত্তা মহামারী বিনাশনঃ ॥১০॥
শিবঃ শিবতমো ভেত্তা বলারাতিপ্রপূজকঃ।
কুমারীবরদায়ী চ বরেণ্যো মীনকেতনঃ ॥১১॥

---

নামার্থস্মরণঃ।—(৬৫) রামঃ — চিদানন্দ-আত্মা অদুদা যোগিশিংনা শান্নরি। (৬৬) নীলাম্বরঃ - শ্রীরামগী রূপতা অশংবা ফি শোনবনি. অশংবা যিগে শেৎপী শ্রীরাধানা মনাক্তা লৈবনি, নীল-যমুনাগী কালীয় হ্রদ্র মাংহনবনি। (৬৭) দেবঃ — মশানা ওংনবনি-ঙাদহনবনি। (৬৮) হলীঃ — হলধরগী মশক্তি, মেকশোংপা য়াম্না হৈবনি। (৬৯) দুর্দ্দামমর্দ্দনঃ — ফত্তবশিংবু নৈহৎপনি, লয়জিংকী নিংথৌ কয়ানা লাকপা ওমত্রবা কাউ ভরেৎ লাকপনি। (৭০) সহস্রাক্ষ-পুরীভেত্তা — ইন্দ্রগী কোম্নুং থুগাইবনি। (৭১) মহামারী বিনাশনঃ — নিংশিংবত্তদা মহামারী-অপমৃত্যু মাংহনবনি, শ্রীচরণ নিংশিংলগী কুরগী উচেকী মচা মরিবু কনবিথিবনি ॥১০॥

নামার্থস্মরণঃ।—(৭২) শিবঃ —শিব-কলবিবা মঙ্গলগী মশক্তি। (৭৩ শিবতমঃ — মোক্ষগী মশক ওইবা অৎোইবা মঙ্গলনি। (৭৪) ভেত্তা – তাইবংপালবু মশক মচু মওং য়েংদুনা মখল মখল থাইদোকপনি। (৭৫) বলারাতিপ্রপূজকঃ — বল কৌবা হিংচাবগী মেকুবা ইন্দ্রনা কামরূপতা পূজা তৌবনি, বলারাতি কৌবা ইন্দ্রনা স্বরতিগা লোইননা পূজা তৌবনি। (৭৬) কুমারীবরদায়ী— কাত্যায়নী পূজা তৌজরবী ব্রজকুমারীশিংদা বর পিদিবনি। (৭৭) বরেণ্যঃ — মকুবা মতিক লৈবদগী অপাম্বা পূম্বা নিযন্ত্রি, নি গদবা

নরো নারায়ণো ধীরো ধারাপতিরুদারধীঃ ।
শ্রীপতিঃ শ্রীনিধিঃ শ্রীমান্ মাপতিঃ পতিরাজহা ॥১২॥
বৃন্দাপতিঃ কুলং গ্রামী ধাম ব্রহ্মসনাতনঃ ।
রেবতীরমণো রামঃ প্রিয় চঞ্চল লোচনঃ ॥১৩॥

---

মশক্কি লোইনা বরণ সমর্পন তৌনকল্লি। (৭৮) মীনকেতনঃ —প্রদ্যুম্ন ওইড়ুনা তাগী মবুক্তা লৈরুবনি, লক্ষ্মীস্বয়ংবরদা তা শাবা লক্ষ্য ককপনি ॥১১॥

নামার্থস্মরণঃ।— (৭৯) নরঃ - শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণ পূজা তৌরগা মীওয়া খুরম্মী, বিষ্ণু ধর্ম্মগী মচা ওইনা মূর্ত্তিদা পোকপনি। (৮০) নারায়ণঃ —মীওইবা পুম্নমক্কী চংনকল্লি, কারণসমুদ্রদা চংদুনা লৈবনি, বিষ্ণুধর্ম্মগী মুর্ত্তি-ভার্য্যাদা পোকপনি। (৮১) ধীরঃ —অরেপ্পা লৈতাবা বুদ্ধি লৈবনি, পুক্নিং চোইদবনি। মাগী মরীদা রাখল পিবনি। (৮২) ধীরাপতিঃ —ধর্ম্ম চেৎনা তাক্লিবশিংবু য়োক্লিবনি, পুক্নিং খুদুম চন্নবী কন্যাগী মপুরোইবনি। (৮৩) উদারধীঃ —রাখল-পুকচেল চাউবনি। ৮৪) শ্রীপতিঃ —ফজবা-নিংথিবা পুম্নগী মপুনি। (৮৫) শ্রীনিধিঃ – সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য—ফজবা পুম্নগী তুংনকল্লি। (৮৬) শ্রীমান্ লক্ষ্মীনা নাক্তা লৈবনি। (৮৭) মাপতিঃ —মতিক চাবশিংবু ইকাইখুম্নবনি। (৮৮) পতিরাজহা— নিংথৌশিংগী নিংথৌরেননি ॥১২॥

নামার্থস্মরণঃ।—(৮৯) বৃন্দাপতিঃ —বৃন্দা সখিগী তুলসীগী রাধাগী অমসুং ভক্তিগী মপুনি। (৯০) কুলং—বলিদগী পৃথিবীবু লৌবনি। ফত্তবা পোৎ মাঙহনবনি। '(৯১) গ্রামী-ষড়্জ-মধ্যম-

রামায়ণশরীরোঽয়ং রামী রামঃ শ্রিয়ঃ পতিঃ ।
শর্ব্বরঃ শর্ব্বরী সর্ব্বঃ সর্ব্বত্র শুভদায়কঃ ॥১৪॥

---

গান্ধার-গ্রাম অহুমবু খণ্ডি, শালগ্রাম-সন্তলগ্রাম অমসুং নন্দ-গ্রামনচিংবদা লৈবনি। (৯২) ধাম—মণ্ডাম্না মপুং ওইবনি। (৯৩) ব্রহ্ম—মশক্-মথৌ-মতিক খিবিক্লা শিনখুংবনি, মহাক্কী রূপাতনা বিজ্ঞান চাওখৎপনি। ৯৪) সনাতনঃ—লেংদনা ডাম্লি-বনি, বেদনা মখল কয়াদা শব্দোক্লিবা ভগবাননি। (৯৫) রেবতীরমণঃ—রেবতী-নক্ষত্রগা বিহার তৌবনি, বলরাম ওইনা রেবতী লৌবনি। (৯৬) রামঃ—লক্ষ্মীগা বিহার তৌই, রাধাগা লোইননা ভক্তগী হৃদিদা চংডি, রাধাবু নিঙডি। (৯৭) প্রিয়ঃ—থরাই পানবা পুম্নমক্কী আত্মা ওইবনা নুংশিবনি। (৯৮) চঞ্চললোচনঃ—তণ্ডপ তরাংবা মিংনি, মৈদা নিংনবনি ॥১৩॥

নামার্থস্মরণঃ।—(৯৯) রামায়ণশরীরঃ—রামভক্তশিংদা রূপা তৌবিবা মূর্ত্তিনি, ভজরামাশিংগী আশ্রয় ওইবা ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিনি। (১০০) "অয়ম্" অসিনি, (বেদপুম্বনা তাক্লিবা ভক্তু শ্রীগোপাল অসিমক্লি হায়না মহাদেবনা উবনি)। (১০১) রামী—গোপীশিংগী লৈভেং ওইবনি। (১০২) রামঃ—বিশ্বগী ঈশ্বরনি, জগৎপুম্বদা রমণকর্ত্তা ওইবনি। (১০৩) শ্রিয়ঃ পতিঃ—মাধুর্য্যসৌন্দর্য্যগী মপুনি। (১০৪) সর্ব্বরঃ—চংজরকপা জীবগী অরাবা কোকপীবনি। (১০৫) শর্ব্বরীঃ—অহিং ওইদুনা জীবশিংবু নুংঙাইনা তুমহনবনি। (১০৬) সর্ব্বঃ—পুম্নমক্কী হৌরকফম্নি,—পোৎ পুম্নমক্কী মশক্লি। (১০৭) সর্ব্বত্র শুভদায়কঃ—পুম্নমক্তা মঙ্গল পিবিবনি ॥১৪॥

রাধারাধয়িতা রাধী রাধাচিত্তপ্রমোদকঃ।
রাধারতিসুখোপেতো রাধামোহনতৎপরঃ ॥১৫॥
রাধাবশীকরো রাধাহৃদয়াম্ভোজষট্পদঃ।
রাধালিঙ্গনসম্মোদো রাধানর্ত্তনকৌতুকঃ ॥১৬॥
রাধাসঞ্জাতসংপ্রীতো রাধাকাম্যফলপ্রদঃ।
বৃন্দাপতিঃ কোকনিধিঃ কোকশোকবিনাশকঃ ॥১৭॥

---

নামার্থস্মরণঃ –(১০৮) রাধারাধয়িতা – রাধাগী শম-লৈন-চিংবা লৈতেংবিদুনা ইকাইখুম্নবনি, রাধাবু নিংহনবনি। (১০৯) রাধীঃ —মতম পুম্বদা রাধাগা লোইনবনি। (১১০) রাধাচিত্ত-প্রমোদকঃ —রাধাগী পূক্নিং হরাওহনবনি। (১১১) রাধারতি-সুখোপেতঃ —রাধাগী রতিদা নুংঙাইবনি। (১১২) রাধামোহন তৎপরঃ – রাধাবু শুমহৎপদা পূক্নিং চংবনি ॥১৫॥

নামার্থস্মরণঃ।–(১১৩) রাধাবশীকরঃ —রাধানা খুদুম চন্-বনি। (১১৪) রাধাহৃদয়াম্ভোজষট্পদঃ —রাধাগী থম্মোয়-থম্বালগী খোইমুনি। (১১৫) রাধালিঙ্গনসম্মোদঃ –রাধাগী আলিঙ্গনদা পেনবনি। (১১৬) রাধানর্ত্তনকৌতুকঃ —রাধাগী জগোইনা নুংঙাইবনি ॥১৬॥

নামার্থস্মরণঃ।—(১১৭) রাধাসঞ্জাতসম্প্রীতোঃ – বৃষভানুবু পেন্হলবনি। (১১৮) রাধাকাম্যফলপ্রদঃ —রাধাগী অপাম্বা মহৈ কংহলবনি। (১১৯) বৃন্দাপতিঃ – বৃন্দাবু ঙাকপনি। (১২০) কোকনিধিঃ —কামকলাগী তুংনকপি, কৈশাল্-হইথৌ য়োকপনি, কোষনিধিঃ —হায়রবদি অময়ম্নচিংবা কোষ মঙাগী লৈকপি। (১২১) কোকশোকবিনাশকঃ —শা-কৈগী অকিবা কোকহনবনি ॥১৭॥

**চন্দ্রাপতিঃ চন্দ্রপতিঃ চণ্ডকোদণ্ডভঞ্জনঃ।**
**রামো দাশরথী রামো ভৃগুবংশসমুদ্ভবঃ ॥১৮॥**
**আত্মারামো জিতক্রোধো মোহো মোহান্ধভঞ্জনঃ।**
**বৃষভানুভবো ভাবী কাশ্যপিঃ করুণানিধিঃ ॥১৯॥**

---

নামার্থস্মরণঃ।— (১২২) চন্দ্রাপতিঃ - চন্দ্রাসখীযু ভাকপনি। (১২৩) চন্দ্রপতিঃ - চন্দ্রগী মপুনি। (১২৪ চন্দ্রকোদণ্ডভঞ্জনঃ —শাউগলবা কংসগী কোদণ্ড লিক্লং থদেকপনি। (১২৫) রামঃ —যোগীশিংগী হৃদিদা শারব্রিবনি। (১২৬) দাশরথী—দশরথগী মচা রামনি। (১২৭ রামঃ —সুমিৎ-থানচিংবদা বিভূতি ওইনা লৈবনি। (১২৮) ভৃগুবংশসমুদ্ভবঃ —ভৃগুবংশদা পোকপনি,—পরশুরামনি ॥১৮॥

নামার্থস্মরণঃ।—(১২৯) আত্মারামঃ - আত্মাদা রমণ তৌই, আত্মা—রাধাগা লোইননা রমণ তৌই। (১৩০) জিতক্রোধঃ —শাওবদু ওবনি-শাওদবনি। (১৩১) মোহঃ —বাঁশিগী খোন্থাংনা পুক্নিং হুবনি, ত্রিভঙ্গমূর্ত্তিনা পুক্নিং চিংশিনবনি। (১৩২) মোহান্ধভঞ্জনঃ —ভক্তশিংগী অচৌকপা-ওয়ৈভেন থংবা অমম্বা মাংহনবিবনি। (১৩৩) বৃষভানুভবঃ —ধর্ম্মনা থংবনি, বৃষভানুদা রাধা ওইনা পোকপনি। (১৩৪) ভাবী—পোৎ পুম্বা লৈবনি। (১৩৫) কাশ্যপিঃ —কশ্যপ মুনিগী মচানি—বামনাবতারনি। (১৩৬) করুণানিধিঃ —দয়াগী সমুদ্রনি ॥১৯॥

কোলাহলো হলী হালো হলী হলধরপ্রিয়ঃ।
রাধামুখাব্জমার্ত্তণ্ডো ভাস্করো রবিজো বিধুঃ ॥২০॥
বিধির্বিধাতা বরুণো বারুণো বারুণীপ্রিয়ঃ।
রোহিণী হৃদয়ানন্দী বসুদেবাত্মজো বলী ॥২১॥

---

নামার্থস্মরণঃ।— (১৩৭) কোলাহলঃ —যশোদাগী তম্পাক্তা হরাংনা শান্নবনি। (১৩৮) হলী - হলা কৌবা ভগোই-ঙৈশে তৌবী অমা ইবুঙোভাগী লৈবনি, চিত্রগুপ্তনশিংনদা জীবগী কর্ম্ম ফল ইশিনহন্‌বনি, হল কৌবা প্রলয়গী থুংলাই পাইবনি। (১৩৯) হালঃ — লাংগোলগী মতেংনা ভৌহি-যব ( ফৌ-গেহু ) ওইনা পোক্পনি। (১৪০) হলী — লাংগোলগী লোংথুম ওইনা লৈপাক খোই-দোকপনি। (১৪১) হলধরপ্রিয়ঃ —বলদেবনা মনাও ওইনা নুংশিবনি। (১৪২) রাধামুখাব্জমার্ত্তণ্ডঃ —রাধাগী মায়থোং থম্বাল শাংহনবা নুমিৎনি। (১৪৩) ভাস্করঃ - লোক পুম্ববু প্রকাশ তৌবিবনি। (১৪৪) রবিজঃ — সূর্য্য বংশদা রাম ওইনা পোকপনি, নুমিৎপু পোকপীবনি —নুমিংকী নুমিংনি। (১৪৫) বিধুঃ — লমচৎ নাইদবশিংবু মাংহনবনি, চন্দ্র-থাজনি ॥২০॥

নামার্থস্মরণঃ।— (১৪৬) বিধিঃ —তাইবংপান্ন শেম্বনি, মশাগী কায়াং-শরুক পূম্নমক মঙ্গগী পোংচং ওইবনি, সখীশিংগা লীলাগীদনক শকলান-শক্তম কয়া কয়া লৌবনি, থৌদা রাহৈনি। (১৪৭) বিধাতা —জীবশিংগী কর্ম্ম-মথলগী মহৈ মথল পীবিবনি, অচৎ-চত্ত পূম্নমক্তা মথৌদাং পিবিবনি, বৃন্দাবনদা লৈজবশিংবু বাঁশিগী শোঙ্গেন্না য়োকপিবনি। (১৪৮) বরুণঃ —প্রচেতাশিংনি,

**নীলাম্বরো রৌহিণেয়ো জরাসন্ধবধোঽমলঃ।**
**নাগোজবাম্ভো বিরুঢো বিরুদো বরদো বলী ॥২২॥**

ব-কারনা জ্ঞান ফংবা-রু-কারনা রোদন-কপ্না ণ-কারনা মোক্ষ—অাসি খংইন, অধিকারশিংবুনা মতু মাতু পিবিবনি। ১৪৯ বারুণঃ —বরুণদেবগী মচা মহর্ষি ভৃগু মুনিনি। ১৫০। বারুণীপ্রিয়ঃ — বারুণী সখীগী প্রিয়নি বরুণদেবগী পূজানা পেনবিবনি। (১৫১) রোহিণীনন্দনানন্দী — রোহিণী দেবীগী পুক্নিং মুত্তাইকনবনি। (১৫২) বসুদেবাগ্রজঃ —বসুদেবগী মচা ওইবিবনি-নন্দগীসুনি। (১৫৩) বলী — বল সধাগা লোইনবনি, অকনবনি, লন-লৈবনি ॥২১॥

নামার্থস্মরণঃ।— ১৫৪) নীলাম্বরঃ —বিরাট পুরুষ ওইদুনা পৃথিবীগী বর ওইবনি, নীলা-পাব্বতীগী মচা গণেশদা অহানবা পুজা তৌগদবা ওইনা বর পিবিবনি, নীলা-শ্যামাসখীগী অপাম্বা পুংহনবনি, শ্রীকৃষ্ণনা রাধা ওইদুনা অংগংবা ফিগে থোনবনি। (১৫৫) রৌহিণেয়ঃ —রোহিণী নক্ষত্রনা পানবা মতমদা ফাও-বিরকপনি। ১৫৬) জরাসন্ধবধঃ —জরাসন্ধ হাৎপনি। (১৫৭) অমলঃ —অমাংগপা, পাপ-লায়না লৈতবনি, মহাকী নাম শোন-বগী সংসারগী রোগ-পাপ কোকহনবনি। (১৫৮) নাগঃ — পৃথিবীবু পুরিবা শেষ-অনন্ত ওইবনি, কনাগী মুনিংবা কাইবা ওইদবনি। (১৫৯) জবাম্ভঃ —মখুংচরবা ভক্তশিংদা থুনা কাওবিরকপনি, ভক্তশিংবু থুনা সংসারগী রাংমদা পুবিবনি। (১৬০) বিরুঢঃ — ব্রজমণ্ডলদা লীলাগীদমক উরি-রারিনচিংবা

গোপথো বিজয়ী বিদ্বান্ শিপিবিষ্টঃ সনাতনঃ।
পরশুরামবচোগ্রাহী বরগ্রাহী শৃগালহা ৷২৩৷

---

মরাং কাইনা হৌহনবনি। (১৬১) বিরুদঃ—মপান্দা লৈরিবশিংবু কপক্লিবনি, যশোদাবু কিবদগী কম্লনি। (১৬২) বরদঃ – অপাম্বা পুংহনবনি। (১৬৩) বলীঃ – নোইপেনবা হকচাংনি-ঙৌবগী লৈকম —থামনি, পাঙ্গলবনি ৷২২৷

নামার্থস্মরণঃ।— (১৬৪) গোপথঃ —বণগী সেবানা মাবু ফংনবা লম্বীনি থংনবনি, ব্রহ্মানা যম্নাও হুবা মতম্দা যণবীশিংনা কৃষ্ণবু যম্নাও ওইনা কন্জবনি, মুক্তাটবীদা লম্মুরম্বা মণ থিবা গোপালশিংদা মণলম্ পীবিবনি। (১৬৫) বিজয়ী —বিজয়-সখা – পার্ষদনা মনাক্তা লৈবনি, পুষ্পকপু ওম্বনি। (১৬৬) বিদ্বান্ —লোইনমক খংবনি-হৈবনি। (১৬৭) শিপিবিষ্টঃ — বিষ্ণু ওইদুনা যজ্ঞপশুশিংদা লৈবনি, মঙাল—মশেক্তা চংদুনা লৈবনি। (১৬৮) সনাতনঃ —ঋষি ওইবনি, শ্রবণ-মনন মমস্তুং ধ্যানগী মতংদা ভজন শন্দোক্লিবনি, ভগবানগী নিত্যশৃঙ্গার শন্দোকলিবনি, সনাতন সখা ওইবনি। (১৬৯) পরশুরামবচো-গ্রাহী— জমদগ্নিগী লাল চৎপদা কামধেনুগী মখোম থক্লগা চৎলু হায়বা পরশুরামগী আশীর্বাদ য়াথং লৌবনি। (১৭০) বর-গ্রাহী — ব্রাহ্মণগী বর লৌবনি। (১৭১) শৃগালহা —বাসুদেব-শাশিন্নবা শৃগাল-হিংচাবা হাৎপনি ৷২৩৷

দমঘোষোপদেষ্টা চ রথগ্রাহা সুদর্শনঃ।
বীরপত্নী যশস্ত্রাতা জরাব্যাধিবিঘাতকঃ ॥২৪॥
দ্বারকাবাসতত্ত্বজ্ঞো হুতাশনবরপ্রদঃ।
যমুনা বেগসংহারী নীলাম্বরধরঃ প্রভুঃ ॥২৫॥

---

নামার্থস্মরণ।— (১৭২) দমঘোষোপদেষ্টা—দমঘোষদা- ( শিশুপালগী মপাদা ) পাউতাক পীবিবনি। (১৭৩) রথগ্রাহী— দমঘোষনা পীবা দোলাই লৌবনি। (১৭৪) সুদর্শনঃ —ভক্তনা মুঙাইনা উজবনি। (১৭৫) বীরপত্নী যশস্ত্রাতা —বীররসদা রুক্মিণী- নচিংবীগী মিংচৎ ঙাকপনি। (১৭৬) জরাব্যাধিবিঘাতকঃ —ভক্ত- শিংগী (জরা দোষ) হমু-লাইনা মাংহনবনি ॥২৪॥

নামার্থস্মরণ।— (১৭৭) দ্বারকাবাসতত্ত্বজ্ঞঃ —দ্বারকাবাসী উদ্ধবনচিংবদা তত্ত্ব তাক্ পিবনি, দ্বারকাবাসীগী তত্ত্ব-জলস্তম্ভন- চিংবত্ত কৈবনি। (১৭৮) হুতাশনবরপ্রদঃ —মৈদা ঐবুত্তম্না হোম- তৌজরিবশিংগী অপাম্বা থুংজসনু, অস্নম্না বর পিবিবনি। মৈদা চাক্ থেকপা ঙম্বা পাঙ্গল হাম্লিবনি। (১৭৯) যমুনাবেগসংহারী —বলদেব ওইদুনা যমুনাগী ঈচেল থিংবনি, বেণুগীধ্বনিনা যমুনাগী ঈচেল লেপহনবনি। (১৮০) নীলাম্বরধরঃ —পৃথিবী অমসুং আকাশবু পুরিবনি। (১৮১) প্রভুঃ – প্রজাপতি পুম্মনকীম্ব ঐবুনি ॥২৫॥

বিভুঃ শরাসনো ধন্বী গণেশো গণনায়কঃ।
লক্ষণো লক্ষণো লক্ষ্যো রক্ষোবংশবিনাশনঃ ॥২৬॥
বামনো বামনীভূতোঽবামনো বামনারূঢ়ঃ।
যশোদানন্দনঃ কর্ত্তা যমলার্জ্জুনমুক্তিদঃ ॥২৭॥

---

নামার্থস্মরণ।— (১৮২) বিভুঃ —পূম্নমক্তা শিন্থুংবনি, ব্রজগী উচেকশিংনা মুংশিজবনি। (১৮৩) শরাসনঃ —য়েক্রবদা ভেম্না থাবনি,— "শরাসনীঃ" হায়রবদি ভেন্দোং য়ান্বনি। (১৮৪) ধন্বী—লিরুং পায়বনি। (১৮৫) গণেশঃ —সৈন্যগণদা ঈশ্বরগী মতৌ উহন্বনি। (১৮৬) গণনায়কঃ— ষণশিংগী গোপীশিংগীসু মশিং থিবনি, গণ-গোঃ গোপ গোপীবু ঙাকপনি। (১৮৭) লক্ষণঃ —বীরসেন নিংথৌগী লক্ষণা কন্যাবু পালন তৌবনি। (১৮৮) লক্ষণঃ— ভক্ত লাখ লাখপু নিজধাম ফংহন্বনি। (১৮৯) লক্ষ্যঃ —জীবগী অরোইবা পান্দমকন্নি, ভক্তনা উবা থংবা ঙম্বনি। (১৯০) রক্ষোবংশবিনাশনঃ —রাবণনচিংবা হিংচাবা কাংবু মাংহন্বনি ॥২৬॥

নামার্থস্মরণ।— (১৯১) বামনঃ —বলিবু নমথবা বামন-দেবনি, শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবদা শ্রীরাধা ললিতা-বিশাখা লৈবনি। (১৯২) বামনীভূতঃ —বনগী উরী মরক্তা প্রিয়-সখীশিংনা ফংজবনি, কুব্জানা ফংজবনি,— অবামনীভূতঃ —ওইরবদি চন্দ্রাবলীনা করহর গ্রামদা অমনা কাম্যবনদা ফংজবনি। (১৯৩) অবামনঃ —বলিগী দান লৌবা মতমদা অচৌবা হকচাং-বিরাট্রূপ লৌবনি। (১৯৪) বামনারূঢ়ঃ —বাল্যলীলাদা বামন-সখাদা তোংবনি। (১৯৫) যশোদানন্দনঃ —যশোদাবু নুঙাইহন্বনি। (১৯৬) কর্ত্তা —পণ্ডিত-

উলূখলী মহামানো দামবদ্ধাহ্বয়ী শমী।
ভক্তানুকারী ভগবান্ কেশবো বলধারকঃ ॥২৮॥
কেশিহা মধুহা মোহী বৃষাসুরবিঘাতকঃ।
অঘাসুরবিনাশী চ পুতনামোক্ষদায়কঃ ॥২৯॥

---

শিংদা মখল-মখলগী বুধি পিবিবনি, পুম্নমকপু শেম্বনি। (১৯৭) যমলার্জ্জুনমুক্তিদঃ —অর্জ্জুন বৃক্ষ ওইরুরবা নলকুবরমণিগ্রীববু লাল্ বিবনি ॥২৭॥

নামার্থস্মরণ।— (১৯৮) উলূখলী—যশোদানা শুম্বনদা পুনবনি। (১৯৯) মহামানঃ —মীথোই-মীহেনশিংনা ইকাই-খুম্নবনি, পুম্নমক্তা য়াম্না সম্মান তৌনবনি। (২০০) দামবদ্ধাহ্বয়ী —মমানা থৌরীনা পুনবদগী মিংসি চংনবনি। (২০১) শমী —শান্তিগী মশক্তি। (২০২) ভক্তানুকারী—গোপীশিংনা মতৌ তম্বনি। (২০৩) ভগবান্ —ঐশ্বর্য্যনচিংবা মক্তাশক্তি লৈবনি। (২০৪) কেশবঃ —শ্রীরাধাগী শম্জি লৈতেংবিবনি, পুম্নমক্কী ঈশ্বরনি। (২০৫) বলধারকঃ —বল-শক্তি পুম্বিবনি, ভীম-অর্জ্জুননচিংবগী পাঙ্গল হাপ্পিবনি ॥২৮॥

নামার্থস্মরণ।— (২০৬) কেশিহা—দেবকীগী লোম্নবী বাসুদেবগী মুপী কৌশিল্যানা পোকপা মচানুপা কেশিগা মচিন-মনাও থোক্পনি, কেশি হিংচাবা হাংপনি। (২০৭) মধুহা—মধু হিংচাবা হাৎপনি, কুপ্তদা লৈনম নম্বনি। (২০৮) মোহী—মরল্ মথুম পুম্বদা ঐগীনি হায়বা মমতা অহংকার লৈতবনি, (মা উহ থাইদোক্লগা নামার্থ লৌবনি)। (২০৯) বৃষাসুরবিঘাতকঃ

কুব্জাবিনোদী ভগবান্ কংসমৃত্যুর্মহামখী।
অশ্বমেধো বাজপেয়ো গোমেধো নরমেধবান্॥ ৩০॥
কন্দর্পকোটিলাবণ্যশ্চন্দ্রকোটিসুশীতলঃ।
রবিকোটিপ্রতিকাশো বায়ুকোটিমহাবলঃ॥৩১॥

---

—অরিষ্ট হিংচাবনাওইবা বৃষাসুর হাৎপনি। (২১০) অঘাসুরবিনাশী চ—অঘাসুর মাংহনবনি। পূতনামোক্ষদায়কঃ – খোমইনবী পূতনাবু য়োকচবী ওইনা লৌবিদুনা মোক্ষ পিবিবনি॥২৯॥

নামার্থস্মরণ।— (২১২) কুব্জাবিনোদী—কুব্জাবু নুঙাইহনবনি। ভগবান্—ভাগ্য লৈবনি-লাইবক্ ফবনি। (২১৪) কংসমৃত্যুঃ—কংসগী মৃত্যুনি, কংস হাৎপনি। (২১৫) মহামখী —থায়কাদা ( য়ুম্বাম্লিঙৈদা ) পঞ্চ-যজ্ঞ ভৌবনি। (২১৬) অশ্বমেধঃ —অশ্বমেধ যজ্ঞ মশক্নি, অর্জ্জুনগী শগোল শেনবিবনি। (২১৭) বাজপেয়ঃ—বাজপেয়ঃ যজ্ঞগী মশক্নি, বাজ-ঘী-থকপনি। (২১৮) গোমেধঃ—গোমেধ যজ্ঞগী মশক্নি, নন্দরাজগী ষণ শেনবনি। (২১৯) নরমেধবান্—নরমেধ যজ্ঞগী মশক্নি, মীবু শেংদোকপিবা করুণদয়া সাগরনি॥৩০॥

নামার্থস্মরণ।— (২২০) কন্দর্পকোটিলাবণ্যঃ—কামকোটিদগী হেন্না ফজবনি। (২২১) চন্দ্রকোটিসুশীতলঃ – চন্দ্রকোটিদগী হেন্না ঈংবনি। (২২২) রবিকোটিপ্রতিকাশঃ – সূর্য্যকোটিদগী হেন্না ঙানবনি। (২২৩) বায়ুকোটিমহাবলঃ—বায়ুকোটিদগী হেন্না কনবনি॥৩১॥

ব্রহ্মা ব্রহ্মাণ্ডকর্ত্তা চ কমলাবাঞ্ছিতপ্রদঃ।
কমলী কমলাক্ষশ্চ কমলামুখলোলুপঃ ॥৩২॥
কমলাব্রতধারী চ কমলাক্ষঃ পুরন্দরঃ।
সৌভাগ্যাধিকচিত্তোঽয়ং মহামায়ী মদোৎকটঃ ॥৩৩॥

---

নামার্থস্মরণ।— (২২৪) ব্রহ্মা—ব্রহ্মাগী মশক্ লৌবিদুনা প্রজা মশিং হেনহল্লবনি, মমা যশোদাগী মিৎয়েংদা অষ্টাংতমক্ ওইবসিনা কৈশোররূপ লৌদুনা রাসলীলা হোৎকহন্নবনি। (২২৫) ব্রহ্মাণ্ডকর্ত্তা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমকপু শেম্বা মপুনি। (২২৬) কমলাবাঞ্ছিতপ্রদঃ—কমলা গোপীগী অমম্বং কমলা লক্ষ্মীগী মনিং তুংহন্‌বিবনি। (২২৭) কমলী - খুত্তা থম্বাল্ পাইবনি ;— (খুৎ নামনা রাধাগী লেংবান্দা হল্লগা নমনা শংদুবোইনা থম্বাল পাইবনি)। (২২৮) কমলাক্ষঃ—শভিগী মমিৎনা য়েংজবনি। (২২৯) কমলামুখলোলুপঃ— কমলা-মুখেশ্বরীগী মায়থোং য়েংনিংবনি ॥৩২॥

নামার্থস্মরণ।— (২৩০) কমলাব্রতধারী— কমলা রুক্মিণীগী-দমক নারদনা তাকপা ব্রত তৌবনি। (২৩১) কমলাক্ষঃ— য়েংবিবদনা ভক্তশিংদা সম্পত্তি পিনবনি। (২৩২) পুরন্দরঃ— হিংচাবগী কোম্মুং থুগাইবনি। (২৩৩) সৌভাগ্যাধিকচিত্তঃ— লাইবকফবশিংগী পুক্নিং লৈতাযস্নি। (২৩৪) অয়ম্—অসিনি, (সচ্চিদানন্দরসগী মশক অদু শ্রীগোপালদেব অসিমক্নি)। (২৩৫) মহামায়ী - যোগমায়া-অচিন্ত্য শক্তি লৈবনি, মহামায়ী য়াম্না

**তারকারিঃ সুরত্রাতা মারীচক্ষোভকারকঃ।**
**বিশ্বামিত্রপ্রিয়ো দান্তো রামো রাজীবলোচনঃ ॥৩৪॥**
**লঙ্কাধিপকুলধ্বংসী বিভীষণবরপ্রদঃ।**
**সীতানন্দকরো রামো বীরো বারিধিবন্ধনঃ ॥৩৫॥**

---

থৌজাল লৈবনি। (২৩৬) মহোৎকটঃ – কৃপাতনা ভক্তশিংগী পাঙ্গন ওইবনি। "মদোৎকট" ওইরবদি থুমহন্নবা অনদগী মর্থক্তি ॥৩৩॥

নামার্থস্মরণ।— (২৩৭) তারকারিঃ —কার্ত্তিক ওইদুনা তারকাসুর হিংচাবা হাংপনি, তারকঃ —প্রণবঃ ওঁকারদা লেংদনা লৈরিবনি, তাড়কারিঃ —ওইরবদি রামরূপ ওইদুনা তাড়কা হিংচাবী হাংপনি। (২৩৮) সুরত্রাতা– লাই পুম্নমকপু ঙাকপিবনি। (২৩৯) মারীচক্ষোভকারকঃ —তেন্গী চৈনা ফংলবা মারীচ হিংচাবগী পূক্লিং থুকহনবনি, পারিজাতগীদমক্ ইন্দ্রগা লাল্ শোক্লবদা মারীচ--কাশ্যপ মুনিগী পূক্লিং লাংহনবনি। (২৪০) বিশ্বামিত্রপ্রিয়ঃ —বসুদেবগী যুমদা যগ্বী কংপনচিংবনা বিশ্বামিত্র মুনিবু পেলহনবনি। (২৪১) দান্তঃ —ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চন্‌বনি, লম্চৎ মাংহনবশিংবু লাকশিনবনি। (২৪২) রামঃ — প্রলয়দা তাইবংপালবু পুকমুংদা থম্বনি, সৃষ্টিদা তাইবংপালবু য়োকলিবনি, দেবতাশিংগী তোঙানবা অধিকার পিবিবনি। (২৪৩) রাজীবলোচনঃ —থম্বাল মানবা মিৎনি, বাঁশিগী খোম্থাংনা শজিগী মমিৎ পাংহনবনি ॥৩৪॥

নামার্থস্মরণ।— (২৪৪) লঙ্কাধিপকুলধ্বংসী – রাবণগী শক্তমদা রাবণগী শাগৈ মাংহনবনি। (২৪৫) বিভীষণবরপ্রদঃ —বিভীষণদা

খরদূষণসংহারী সঙ্কেটপুরবাসবান্।
চন্দ্রাবলীপতিঃ কূলঃ কেশিকংসবধোঽমলঃ ॥৩৬॥
মাধবো মধুহা মাধ্বী মাধ্বীকো মাধবীবিভুঃ।
মুঞ্জাটবীগাহমানো ধেনুকারির্ধরাত্মজঃ ॥৩৭॥

---

বর পিবিবনি। (২৭৬) সীতানন্দকরঃ —রাম ওইদুনা সীতাবু নুঙাইহনবনি। (২৪৭) রামঃ –পূক্কিং হুবা গুণ লৈবনি। (২৪৮) বীরঃ –অকনবনি। (২৪৯) বারিধিবন্ধনঃ –সমুদ্র খিংববি ॥৩৫॥

নামার্থস্মরণ।— (২৫০) খরদূষণসংহারী –খরদূষণ হিংচাবা হাৎপনি। (২৫১) সঙ্কেটপুরবাসবান্—সখা-সখীশিংগী অনিংবা মক্ষমদা লৈবনি। (২৫২) চন্দ্রাবলীপতিঃ –চন্দ্রাবলী-সখী লূচিং-বীগী মপুনি। (২৫৩) কূলঃ –যমুনাগী তোর্বান্দা শান্নবনি। (২৫৪) কেশিকংসবধঃ —কেশি-কংশবু হাৎপনি। (২৫৫) অমলঃ —মায়াগী অমোৎপা লৈতবনি ॥৩৬॥

নামার্থস্মরণ।— (২৫৬) মাধবঃ —লক্ষ্মীগী, মধুবংশগী মপুনি। (২৫৭) মধুহা —মধু হিংচাবা হাৎপনি। (২৫৮) মাধ্বী—মধুর-রসগী মশক্নি। (২৫৯) মাধ্বীকঃ —মুংশিনা মুরলী খোংবনি। (২৬০) মাধবীবিভুঃ —মাধবী-মুগেশ্বরীগী মপুনি। (২৬১) মুঞ্জাত-বীগাহমানঃ —মুঞ্জাটবী লাঙ্গোম হোৎবা বনদা যণ শেনবনি। (২৬২) ধেনুকারিঃ —ধেনুকাসুরগী য়েক্লবনি। (২৬৩) ধরাত্মজঃ — ধরা —যশোদাগী মচানি ॥৩৭॥

বংশীবটবিহারী চ গোবর্দ্ধনবনাশ্রয়ঃ।
তথা তালবনোদ্দেশী ভাণ্ডীরবনশঙ্খহা ॥৩৮॥
তৃণাবর্ত্তাকৃপাকারী বৃষভানুসুতাপতিঃ।
রাধাপ্রাণসমো রাধাবদনাব্জমধুকরঃ ॥৩৯॥
গোপীরঞ্জনদৈবজ্ঞো লীলাকমলপূজিতঃ।
ক্রীড়াকমলসন্দোহো গোপীকাপ্রীতিরঞ্জনঃ ॥৪০॥

---

নামার্থস্মরণ।—(২৬৪) বংশীবটবিহারী— বংশীবটদা শান্নবনি। (২৬৫) গোবর্দ্ধনবনাশ্রয়ঃ — গোবর্দ্ধনগী বনদা ষণ শেনবা চংবনি। (২৬৬) তালবনোদ্দেশী— কোনা মহৈ পিজনবা সখাশিংবু তাল-বনদা পুবিবনি। (২৬৭) ভাণ্ডীরবনশঙ্খহা—ভাণ্ডীর বনগী লৈম্নে চাকপদা সখাশিংগী শিরগদ্রা চিংনবা কোকহনবনি ॥৩৮॥

নামার্থস্মরণ।— (২৬৮) তৃণাবর্ত্তাকৃপাকারী— নোংলৈ ওইনা লাকপা—তৃণাবর্ত্তদা কৃপা তৌবিবনি, মংশেনবা চৎপিবনা নাপি-শিংদা থৌজানবিবনি। (২৬৯) বৃষভানুসুতাপতিঃ — বৃষভানুগী মচানুপী রাধাগী মপুরোইবনি। (২৭০) রাধাপ্রাণসমঃ — রাধা যূথেশ্বরী অমগী, অদুরাধাগী থহাইগা মান্নবনি। (২৭১) রাধাবদ-নাব্জমধুকরঃ — রাধাগী মায়থোং থম্বালগী থোইমুনি ॥৩৯॥

নামার্থস্মরণ।— (২৭২) গোপীরঞ্জনদৈবজ্ঞঃ — গোপীশিংগী রাগগা চানবা রসদু পিবদৈবনি। (২৭৩) লীলাকমলপূজিতঃ — রাধাগী লীলা, কমল—থম্বাল মথল অমনা পূজা তৌরিবনি। (২৭৪) ক্রীড়াকমলসন্দোহঃ —শান্নবগীদমক মনাক্তা থম্বাল ময়াম পৈবনি, বসন্ত উৎসবতা বুমকুম শংলবা ঈশিংনা থৌগনবনি।

**রঞ্জকো রঞ্জনো রঙ্গো রঙ্গী রঙ্গমহীরুহঃ।**
**কামঃ কামারিভক্তোঽয়ং পুরাণপুরুষঃ কবিঃ ॥৪১॥**
**নারদো দেবলো ভীমো বালো বালমুখাম্বুজঃ।**
**অম্বুজো ব্রহ্মসাক্ষী চ যোগী দত্তবরো মুনিঃ ॥৪২॥**

---

(২৭৫ গোপিকাপ্রীতিরঞ্জনঃ – গোপী প্রেমনা চুহবনি, গোপীশিংদা হেন্না প্রেম লৈবনি ॥৪০॥

নামার্থস্মরণ। – (২৭৬) রঞ্জকঃ — রাধাবু লৈতেংবিবনি, ভক্তগী পুক্নিং চংহনবনি। (২৭৭) রঞ্জনঃ – ভক্তশিংদা অনুরাগ পোকহনবনি। (২৭৮ রঙ্গঃ — ভক্তশিংগী নুঙ্গাইনফম্রি। (২৭৯) রঙ্গী - গোপীশিংদা অনুরাগ লৈবনি। (২৮০) রঙ্গমহীরুহঃ—অনু-রাগ লৈজবশিংগী থম্মোয়দা কাওবিবসি, কংসগী রঙ্গ-মফমদা অনিং-অনিংবদু কাওবিবনি। (২৮১) কামঃ – নিংথিবা গুণ খিবিক্না পামজনিঙাই ওইবনি, মুমুক্ষুশিংগী অপাম্বা মশক্নি। (২৮২) কামা-রিভক্তঃ – মহাদেবনা ভক্ত ওইবনি, শিবনা অথোইবা ভক্ত ওইবনি। (২৮৩) অয়ম্—অসিনি; ( হে দুর্গে! ঐনা নিংশিবা ভত্রু অসিনি )। (২৮৪) পুরাণপুরুষঃ - পুরাণদা ফাওরিবা পুরুষনি, কুইনা অহুম লৈরক্লবা পুরুষনি। (২৮৫) কবিঃ – লোইনা খংবা-হৈবনি ॥৪১॥

নামার্থস্মরণ।— (২৮৬) নারদঃ – ভক্তগী অজ্ঞান মাংহন্‌বনি, অংশ অমনা নারদ ওইবনি। (২৮৭) দেবলঃ – ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংবু লুনা তৌবিবনি, লাইগী মীচংনি। (২৮৮) ভীমঃ — পাঙ্গলবনি, অকন্-অথৌ হিংসা তৌবশিংবুসু কীহন্‌বনি। (২৮৯)

ঋষভঃ পর্ব্বতো গ্রামো নদীপবনবল্লভঃ।
পদ্মনাভ সুরশ্রেষ্ঠো ব্রহ্মা রুদ্রো হ িভূষিতঃ ॥৪৩॥

বালঃ—খোংনাংবট মনাদা হিপ্পবা, প্রলয়গী ঈপাক্তা ভাওবা, ঋষি মার্কণ্ডেয়বু চানবিবা অঙাংনি, মশাদা মশাগী অওইবদু থুপ-চিনবনি। (২৯০) বালমুখাম্বুজঃ—অঙাংগুম্বা মায়থোং থম্বালনি, ভক্তবু পেলহনবা মায়থোংনি। (২৯১) অম্বুজঃ ঈশিংদা পঙ্কজন-দৈত্যবু ভম্বনি, ঈশিংদা ভা ওইনা পোকপনি। (২৯২) ব্রহ্ম—বেদান্তনা খংনবনি, খাইদগী চাওবনি,-মফম পুম্বদা লৈবনি। (২৯৩) সাক্ষী—শংশংনা লেইনা খংবনি। ২৯৪) যোগী—যোগ-ধ্যান তৌবনি, সাংখ্য অমসুং যেগ শাস্ত্রবু মকর কুণ্ডল ওইনা নাদা য়ালবনি। যোগিবেম্ শেংলদুনা য়াংখোইদা চংলুবনি। (২৯৫) দত্তবরঃ—ভক্তদা বর পিবিবনি। (২৯৬) মুনিঃ—শাস্ত্রগী অর্থ নৈনবদা পুক্কিং চংবনি ॥৪২॥

নামার্থস্মরণ।—(২৯৭) ঋষভঃ—লে ইনা থোইবা হেনবনি। (২৯৮) পর্ব্বতঃ—গোবর্দ্ধন অমসুং সুমেরু চিঙ্নি, পর্ব্ব থুদিংদা ব্রত-উৎসব শন্দে কপনি। (২৯৯) গ্রামঃ—হিংলিবশিংগী লম-জিংবনি, লৈকম থুম্গ নি, স্বর-নাদ ব্রহ্মনি, স্বরশিংগী পুনফম্নি। (৩০০) নদীপবনবল্লভঃ—যমুনাগী সুংশিং পাম্বনি, যমুনা মপালগী বন লুনা তৌবনি। (৩০১) পদ্মনাভঃ—খোইদোদা থম্বাল্ হৌবনি। (৩০২) সুরশ্রেষ্ঠঃ—লাইশিংগীসু অথোইবনি। (৩০৩) ব্রহ্মা—ব্রহ্মাগীসু অন্তর্য্যামী আত্মানি। (৩০৪) রুদ্রঃ—ভক্তগী অরাবা কোকপিবনি, রুদ্র ওইবনি। (৩০৫) অহিভূষিতঃ—কালিয় লিনগী লৈভেং ওইবনি ॥৪৩॥

গণানাং ত্রাণকর্ত্তা চ গণেশো গ্রহিলো গ্রহী।
গণাশ্রয়ো গণক্রোধী ক্রোড়ীকৃতজগৎত্রয়ঃ ॥৪৪॥
যাদবেন্দ্রো দ্বারকেন্দ্রো মথুরাবল্লভো ধুরী।
ভ্রমরঃ কুন্তলী কুন্তীসুতরক্ষী মহামখী ॥৪৫॥

---

নামার্থস্মরণ। — (৩০৬) গণানাং ত্রাণকর্ত্তা — ব্রজগী যণ ময়াম্বু থালা ময়াম্বু ১সুং থালা মুীণিংবু থুংদোথিবা কয়াদগী কনবিবনি। (৩০৭) গণেশঃ — কাংলুপ কাংলুপকী নেতানি, ঐশ্বর্য্যপূম্বগী মপুনি। (৩০৮) গ্রহিলঃ — মুপী লিশিং তরাতরুক চামনিপাল লোনবনি, মুমিৎ-থানচিংবা গ্রহশিংগী লৈফম্নি। (৩০৯) গ্রহী ভক্তনা কস্করবা মনা মশিং লৌবিবনি। (৩১০) গণাশ্রয়ঃ — অরাবা কোক্লিংবা জীবগী চংনফম্নি। (৩১১) গণক্রোধী — ময়াথং ইন্দ্রব-শিংদা শাওবনি। (৩১২) ক্রোড়ীকৃতজগৎত্রয়ঃ — মতম্বাক্তা মরোল অহুম লৈবনি, মবুকতুংদা মরোল অহুম যশোদাদা উৎনবনি ॥৪৪॥

নার্থস্মরণ। — (৩১৩) যাদবেন্দ্রঃ — যাদবশিংগী ইন্দ্রনি অংথোংবনি, যাদবশিংদা ঐশ্বর্য্য পিবিবনি। ৩১৪) দ্বারকেন্দ্রঃ — দ্বারকাগী ঈশ্বরনি, দ্বারকাবু চাওথংহনবনি। (৩১৫) মথুরাবল্লভঃ — মথুরাদা লৈবশিংনা মুশিজবনি, মথুরা দেশবু লূন তৌবনি, ব্রহ্মজ্ঞান অমদি ভক্তি যোগনা অস্থানগী জগৎপূম্ববু নৈথাইরবা মাংহনবা মফমতুদা জ্ঞান ভক্তিগী মহৈ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ কোৱা ব্রজনা লেংদনা লৈবনি। (৩১৬) ধুরী জগৎপু পুরিবনি। (৩১৭) ভ্রমরঃ — বৃন্দাবনগী কুঞ্জশিংদা সখীশিংনা ঈশৈ শংদুনা কোই-শনবনি। (৩১৮) কুন্তলী — শমদা ফজবনি, তা-গী মওং মানবা

যমুনাবরদাতা চ কশ্যপস্যবরপ্রদঃ।
শঙ্খচূড়বধো দামী গোপীরক্ষণ-তৎপর ॥৪৬॥
পাঞ্চজন্যকরো রামী ত্রিরামী বনজো জয়ঃ।
ফাল্গুণঃ ফাল্গুণসখা বিরাধবধকারকঃ ॥৪৭॥

---

শৃঙ্গা পাইবনি। (৩১৯) কুন্তীসুতরক্ষী— কুন্তীগী মচাশিংবু ঙাক-পিবনি। (৩২০) মখামখী— বেদগী অমসুং স্মৃতিগী যজ্ঞ মখল্ পুন্নমক্ তৌবনি ॥৪৫॥

নামার্থস্মরণ।— (৩২১) যমুনাবরদাতা— মপুরোইবা ওইজুনা যমুনাগী মনিং থুংহনবিবনি। (৩২২) কশ্যপস্যবরপ্রদঃ— মপোক অমগী সুতপা কৌবা কাশ্যপকী বর নচা ওইনা যংজৌ হায়বিবনি। (৩২৩) শঙ্খচুড়বধঃ— শঙ্খচূড় হিংচাবা হাৎপনি। (৩২৪ দামী— কুন্দোনচিংবা লৈগী পরেং শিবনি, যশোদাগী থৌরীনা পুনবনি। (৩২৫) গোপীরক্ষণতৎপরঃ - গোপীশিং ঙাকশেন্‌বদা পুক্নিং চংবনি ॥৪৬॥

নামার্থস্মরণ।— (৩২৬) পাঞ্চজন্যকরঃ - মখুত্তা পাঞ্চজন্য মোইবুং পাইবনি। (৩২৭) রামী— নিংথিরবী গোপীনা মনাক্তা লৈবনি। (৩২৮) ত্রিরামী— গোকুল, মথুরা অমসুং দ্বারকা অহুমদা শাম্নবনি, রক্ষণ, রসজ্ঞ অমসুং রমনীয়— র-কার অহুম লৈবনি, রাম-বলরাম-পরশুরাম— অহুমগী মশক্নি। (৩২৯) বনজঃ —বরাহ নৃসিংহ ওইনা বৃন্দাবণদা পোকপনি। (৩৩০) জয়ঃ—পুম্নমকপু ভম্বনি, মাবু নিংজবনা কামবু ভম্বনি। (৩৩১) ফাল্গুণঃ— অর্জুন-রিভূতি ওইবিবনি। (৩৩২) ফাল্গুণসখঃ— অর্জুনগী মরূপ্নি। (৩৩৩) বিরাধ-বধকারকঃ - রামরূপতা বিরাধ হিংচাবা হাৎপনি ॥৪৭॥

**রুক্মিণী প্রাণনাথশ্চ সত্যভামা প্রিয়ঙ্করঃ।**
**কল্পবৃক্ষো মহাবৃক্ষো দানবৃক্ষো মহাফলঃ ॥৪৮॥**
**অঙ্কুশো ভূসুরো ভাবো ভামকো ভ্রামকো হরিঃ।**
**শরলো শাশ্বতো বীরো যদুবংশী শিবাত্মকঃ ৪৯**

---

নামার্থস্মরণ।- (৩৩৪) রুক্মিণীপ্রাণনাথঃ – রুক্মণী দেবীগী প্রাণপ্রিয়নি। (৩৩৫) সত্যভামাপ্রিয়ংকরঃ –সত্যভামাগী অপাম্বতু থোকহনবনি। (৩৩৬) কল্পবৃক্ষঃ – বেদ-শাস্ত্রগী মশক ওইবা উপাম্নি, [illegible] অনিংবা [illegible]। (৩৩৭) মহাবৃক্ষঃ [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]। (৩৩৮) দানবৃক্ষঃ –দানদা মশা [illegible] [illegible]কপনি। (৩৩৯) মহাফলঃ - মোক্ষগী মশক ওইবা অথোইবা মহৈনি ॥১৮॥

নামার্থস্মরণ।— (৩৪০) অঙ্কুশঃ – যশোদাগী [illegible] [illegible], শামু কাংগুম্না লাইশিংবু লাক্লিবনি, চংণদা অঙ্কুশ-চিহ্ন লৈবনি। (৩৪১) [illegible] – [illegible] [illegible] পৃথিবীদা ডাল্লিবনি। (৩৪২) ভাবঃ –ব্রহ্মানন্দ বা ওইদুনা জগৎপুম্বু পোকহনবনি; ভক্তগী মতিক-মগুন ঙাকপিবনি। (৩৪৩) ভামকঃ –সত্যভামাদা মচাগী মুডাইবা পিনবনি, ভামঃ – ওইরবদি অর্থ – ভামানা মনাক্তা লৈবনি, ঙাঁননচিংশবু শ ওহনবনি—(পাপীবু মাংহল্লবগী-দমক)। (৩৪৪) ভ্রামকঃ —ভক্তি লৈতবশিংবু সংসারদা লৈ-দুনা লৈহনবনি। (৩৪৫) হরিঃ –ভক্তগী পাপ মাংহনবনি-পুক্লিং চিংশিনবিবনি। (৩৪৬) শরলঃ—গোপীনা মশা নোইবিবনি, শঙ্গোম-মপাল লৌবনি। সরলঃ - ওইরবদি অর্থ–পূকচেল

প্রদ্যুম্নো বলকর্ত্তা চ প্রহর্ত্তা দৈত্যহা প্রভুঃ।
মহাধনো মহাবীরো বনমালাবিভূষণঃ ॥৫০॥
তুলসীদাম শোভাঢ্যো জলন্ধর বিনাশনঃ।
শূরঃসূর্য্যো মৃকণ্ডুশ্চ ভাস্করো বিশ্বপূজিতঃ ॥৫১॥

---

ড়িংবনি। (৩৪৭) শাশ্বতঃ পুম্নমক্তগী অহম্নি, মতম পুম্বদা ফুংরদনা লৈরবনি। (৩৪৮) বীরঃ—কর্ম্ম ফত্তবশিংবু ভনিক ফরিক্লহনবনি। (৩৪৯) যদুবংশী—যদুবংশদা কাওরকপনি। (৩৫০) শিরাত্মকঃ শিবগী আত্মানি-শিবনা আমা ওইবনি ॥৪৯॥

নামার্থস্মরণ।— (৩৫১) প্রদ্যুম্নঃ—স্বর্গগী লাইশিংনা লিংজরনি, ম্যাইরংপালবু পুবা ওম্বনি। (৩৫২) বলকর্ত্তা - গোবর্দ্ধন থাজংপদা পাজল কোংদোকপনি, রেক্রবগী ভেজ্রোলে য়াংহনবনি। (৩৫৩) প্রহর্ত্তা—থ্যানদা লৈরবা ভক্তশিংগী অরাবা রোকপিবনি। (৩৫৪) দৈত্যহা - হিংচাবা হাৎপনি। (৩৫৫) প্রভুঃ—জগৎকী হৌরককপি। (৩৫৬) মহাধনঃ—লন পুম্বগী মপুনি। (৩৫৭) মহাবীরঃ—পুম্নমকপু ওয়া অকনবনি। (৩৫৮) বনমালাবিভূষণঃ—বন পুম্বগী লৈতেং শুইরিবনি, বনগী লৈগী মথল, উনা মথল য়ানদুনা লেংবা চরণ য়ৌনা চোনবা মালা (বনমালা) থোরিবনি ॥৫০॥

নামার্থস্মরণ।— (৩৫৯) তুলসীদামশোভাঢ্যঃ—তুলসী মালানা লৈতেংলিবনি। (৩৬০) জলন্ধরবিনাশনঃ - জলন্ধর পুরুংনা ঈশিং ফুংদুনা লৈবা হরিচন্দ্রগী লাইনা মথল অমবু (তুগাম) মাংহনরনি, জলন্ধর-হিংচাবা হাৎপনি। (৩৬১) শূরঃ—অথৌরনি, মরিন লৈবনি, মনাইচক্রগী লিংজেন হাম্লিবনি। (৩৬২) সূর্য্যঃ—

**রবিস্তমোহা বহ্নিশ্চ বাড়বো বড়বানলঃ।**
**দৈত্যদর্প বিনাশী চ গরুড়ো গরুড়াগ্রজঃ।৫২।**
**গোপীনাথো মহানাথো বৃন্দানাথো বিরোধকঃ।**
**প্রপঞ্চী পঞ্চরূপশ্চ লতাগুল্মশ্চ গোপতিঃ।৫৩॥**

---

কুঞ্জ-কুঞ্জ থুদিংদা কোইনা লেংবনি, জগৎ পূম্ববু ফোংদোকপিবনি, মপৌ শিনবিবনি। (৩৬৩) মৃকণ্ডঃ লৈবাক্তা নেত্তুন জগোই শাবনি,—অমৃকণ্ডঃ – নাম ওইবর্বাদ অর্থ পুম্নমক মাংশ্রবস্ত্ত মাংদবনি। (৩৬৪) ভাস্করঃ—জগৎপু ভালহলবনি। (৩৬৫) বিশ্ব-পূজিতঃ - জগৎপুম্বগী অনিংবা মওং লাৎনবনি ॥৫১॥

নামার্থস্মরণ।— (৩৬৬) রবিঃ – মায়া নাংহাক্রবা মৌনা কংজবনি, প্রলয়দা হনজিম্নকম্নি, মমিং-মমিং হায়না ১৭ কৌবনি। (৩৬৭) তমোহা—ভক্তগী থংদবা অমম্বা মংহনবিবনি, অমম্বদা লৈবা পোৎস্থ (শঙ্খোম্নচিংবস্ত্ত) উবনি লৌবনি। (৩৬৮) বহ্নিঃ—ভক্তগী কচ্ছবা লৈ-তুলসী পূবনি, কিবুলহাবী শান্নবদা মইথিত্তুনা শ্রীদামসখাবু মনমদা পোবনি। ৩৬৯। বাড়বঃ – সমুদ্রদা লৈবা মৈনি। (৩৭০) বড়বানলঃ – দ্বিজপত্নীশিংবু পেলহলবনি। (৩৭১) দৈত্যদর্পবিনাশী—হিংচাবগী নাপন নেমহলবনি। (৩৭২) গরুড়ঃ —গরুড় ওইবনি, বেদগী মশানা পাইবনি। (৩৭৩) গরুড়াগ্রজঃ গরুড়গী মন্নাহনি ॥৫২॥

নামার্থস্মরণ।— (৩৭৪) গোপীনাথঃ - গোপী-প্রকৃতি বিশ্ব বক্ষণ শক্তি ব্রজগোপী অসিগী মপুনি। (৩৭৫) মহানাথঃ —মুক্তিগী-দয়ক ভক্তশিংগী নিনকম্নি! (৩৭৬) বৃন্দানাথঃ – মিত্রবৃন্দা-বৃন্দাবন

গঙ্গা চ যমুনারূপো গোদা বেত্রবতী তথা।
কাবেরী নর্ম্মদা তাপী গণ্ডকী সরযূরজঃ ॥৫৪॥
রাজসস্তামসঃ সত্ত্বী সর্ব্বাঙ্গী সর্বলোচনঃ।
সুধাময়োঽমৃতময়ো যোগিনীবল্লভঃ শিবঃ ॥৫৫॥

---

দেবী-বৃন্দাগী মহুঙেঙানি। ৩৭৭) বিবোধকঃ কৌরব পাণ্ডব য়েংখিনহনবনি। (৩৭৮) প্রপন্নী—ভাইবংপাল শন্দোকপনি। (৩৭৯) পঞ্চবপঃ – শিবনচিংবা পঞ্চদেবতানি। (৩৮০) লতাগুল্মঃ —বৃন্দাবনগী উরি-বারি য়োকলিবনি ॥৫৩॥

নামার্থস্মরণ।—(৩৮১) গঙ্গা – গঙ্গা ঈচেলগী ম'ক্রি। (৩৮২) যমুনারূপঃ – যমুনাগী কুচুগুম্বনি। (৩৮৩) গোদা গোদাবরী তীর্থনি, যণবী দান তৌবনি। (৩৮৪) বেত্রবতী – বারকুবগী লিচৈ পাইবনি, বেত্রবতী তুরেননি। (৩৮৫) কাবেরী— কাবেরী তুরেল্লি। (৩৮৬) নর্ম্মদা নর্ম্মদা তুরেল্লি, সধীশিংবু নোক-হনবনি। (৩৮৭) তাপী – তুরেন মমিংনি (৩৮৮) গণ্ডকী – তুরেল্লি। (৩৮৯) সরযূ তুরেল্লি। (৩৯০) রজঃ পুম্নমক্তা শিনথুংবনি ॥৫৪॥

নামার্থস্মরণ।—(৩৯১) রাজসঃ — ভক্তগী থম্মোয়দা রাগনি, তামসঃ ভক্তি লৈভবদা ক্রোধনি। সত্ত বৈষ্ণবশিংগী শম-দমনি। রজঃগুণ লৌবিবনি। (৩৯২) তামসঃ—তমঃ ভাব ওইবিবনি। (৩৯৩) সত্ত্বী—সত্বগুণ লৌবিবনি। (৩৯৪) সর্ব্বাঙ্গী - ভাইবংপাল পুম্বনা মচি অমদা লৈবনি, ভাইবংপাল পুম্বনা হকচাং ওইবনি। (৩৯৫) সর্বলোচনঃ – লোইনমক উবনি, শিবগী গুণ ভাকপিবনা

বুদ্ধো বুদ্ধিমতাং শ্রেষ্ঠো বিষ্ণুর্জিষ্ণুঃ শচীপতিঃ।
বংশী বংশধরো লোকবিলোকো মোহনাশনঃ ॥৫৬॥
রবো-রাবো রবোরাবো বলো বালো বলাহকঃ।
শিবো রুদ্রো নলো নীলো লাঙ্গুলী লাঙ্গুলাশ্রয়ঃ ॥৫৭॥

---

ভক্তশিংদা মঙুণ কোংদোকপনি। (৩৯৬) মুদাময়ঃ—মুঙাইবা মশক্তি, "সুধাময়ঃ" ওইরবদি অর্থ অমৃতগী মশক্তি। (৩৯৭) অমৃতময়ঃ—শিদবা মশক্তি। (৩৯৮) যোগিণীবল্লভঃ—শ্রুতিচরী যোগিনী সখীগী প্রিয়নি। (৩৯৯) শিবঃ—মঙ্গলগী মশক্তি, নিংশিং-জবতদা পাপ কোকহনবা মঙ্গলনি ॥৫৫॥

নামার্থস্মরণ।— (৪০০) বুদ্ধঃ—ভক্তনা শেংনা খংবনি, অবতারদা বুদ্ধ ওইবনি। (৪০১) বুদ্ধিমতাং শ্রেষ্ঠঃ—বুদ্ধি লৈব-শিংগীসু অথোইবনি। (৪০২) বিষ্ণুঃ—পুম্নমক্তা শিল্লিবনি। (৪০৩) জিষ্ণুঃ—ওম্‌গন্‌বনি। (৪০৪)শচীপতিঃ—ইন্দ্রনি। (৪০৫) বংশী—বাঁশি পায়বনি। (৪০৬) বংশধরঃ - শাগৈ ঙাকশেনবনি। (৪০৭) লোকবিলোকঃ - তাইবংপাল পূম্বদা মুংশিনা য়েংবিবনি। (৪০৮) মোহনাশনঃ—সেবকী ওয়না খংবা-শেরান্নবা মাংহনবনি ॥৫৬॥

নামার্থস্মরণ।— (৪০৯) রবরাবঃ—বেদনা খংকম থোক্লবা মশক্তি—ভাহনবিবনি, মী-শা-উচেক্লচিংবা মশা-মশাগী হৈনবা য়েংদুনা মা-মাগী থোম্বোক নাইহনবনি, নাদ ওইরদুনা মোক্ষগী লম্বীদা পুবিবনি। (৪১০) রবঃ—শব্দগী মশক্তি, সর্ব্বজ্ঞনি। (৪১১) রাবঃ—মেঘ-মল্লারনচিংবা রাগগী মশক্তি, খাণ্ডব বনগী মৈদগী কনবিবনি। (৪১২) বলঃ—থরাই পুরিবনি। (৪১৩)

পারদঃ পাবনো হংসো হংসারূঢ়ো জগৎপতিঃ।
মোহিনীমোহনো মায়া মহামায়া মহাসুখী॥৫৮॥

বালঃ —সাধুশিংনা অঙাংগুম্না মুংশিজবনি। (৪১৪) বলাহকঃ—
নোংগুম্না ভকশিংগী যোগ-খোম খোকহনবনি। (৪১৫) শিব :—
শিব-সখীম্না মনাক্তা লৈবনি। (৪১৬) রুদ্রঃ—লমচৎ লান্নব-
শিংবু কপহনবনি। (৪১৭) নল্লঃ – করিগুম্নদা মতিক-মগুণ মাং-
দবনি, নল-য়োংদা পাঙ্গল হাপ্লিবনি। (৪১৮) নীলঃ —নীল-
মণি থোনবনি, নীলমণিগুম্না কুচুনি, নীল য়োংদা মতিং হাপ্লিবনি।
(৪১৯) লাঙ্গুলী —মহাবীর-হনুমাননি, মমৈ পানবনা য়োংনা সেবা
তৌবনি। (৪২০) লাঙ্গুলাশ্রয়ঃ – মমৈপানবশিংগী হনুমান্নচিংবগী
মতেং লৌবনি॥৫৭॥

নামার্থস্মরণ।— (৪২১) পারদঃ - রাংমদা পুবিবনি। (৪২২)
পাবনঃ —লোকপালশিংবু য়োকপিবনি, পবনঃ ওইরবদি অর্থ—
শেংবিবনি। (৪২৩) হংসঃ — অজ্ঞান-মাংহনবনি, হংস ওইদুনা
সনকাদি নারদতা আত্ম-তত্ত্ব তাকপিবনি। ৪২৪) হংসারূঢ়ঃ –
হংসগুম্নবা শৈব-সুগ্রীব-মেঘপুষ্প-বলাহকনচিংবা শগোল তোংবনি,
আত্মা-হংসদা লৈবনি। (৪২৫) জগৎপতিঃ—লোক পুম্নমক থবাই
ওইনা য়োকপিবনি। (৪২৬) মোহিনীমোহনঃ —মোহিনী ওইদুনা
হিংচাববু শুমহৎপনি। (৪২৭) মায়া—ওইথোকপা ওইহনবনি।
(৪২৮) মহামায়া —পরমকরুণাময়নি। (৪২৯) মহাসুখী — নিংশিংনা
থকপা, চাবা, শেংলা, লৈতেংবা, ঈশ শকপা, শক কজবা, মই
হৈবা, মপু ওইবা, মেরুবা লৈতবা, সথাজ, আবাদন-চৈরোল অচৈনা
মইহে- মহাসুখামখন লৈবনি॥৫৮॥

বৃষো বৃষাকপিঃ কালঃ কালীদমনকারকঃ।
কুব্জাভাগ্যপ্রদো বীরঃ রজকক্ষয়কারকঃ ॥৫৯॥
কোমলো বারুণো রাজা জলজঃ জলধারকঃ।
হারকঃ সর্ব্বপাপঘ্নঃ পরমেষ্ঠী পিতামহঃ ॥৬০॥

---

নামার্থস্মরণ। (৪৩০ বৃষঃ - অপাম্বা থুংহনবা ধর্ম্মনি। (৪৩১) বৃষকপিঃ — মাম্না নাপন্ চাউবা জীববু কিহন-নিকহনবনি। (৪৩২) কালঃ - জংবগী লোশিন্বা মতম্নি। (৪৩৩) কালীদমন-কারকঃ —কালী-নিনবু লাকশিনবনি। (৪৩৪) কুব্জাভাগ্যপ্রদঃ — চন্দন কংপতদা কুব্জাবু লাইবকফবা ওইহন্বনি। (৪৩৫) বীরঃ — অকীবা লৈতবনি। (৪৩৬) রজকক্ষয়কারকঃ — খোবীবু খুজিনা খোত্তুনা লোইশিনবনি।৫৯॥

নামার্থস্মরণ।— ৪৩৭ কোমলঃ – প্রিয়াশিংনা চয়দ পোক-চনিংবনি। (৪৩৮) বারুণঃ - বরুণদেবগী ছত্র-চামর-শগোল লৈ-পরেং লৌবনি। (৪৩৯) রাজা — মতোমজা পাম্নিবনি। (৪৪০) জলজঃ —ঈপাকথক্তা [illegible] শান্নবনি। (৪৪১) জলধারকঃ — ঈশিংগী ফমুংদা হিম্লনি, ঈশিংজগী পোকপা মূক্তা থোম্নিবনি। (৪৪২) হারকঃ —লিকপরেং শিন্নিবনি, কৈপা অহুম মাংহন্বনি। (৪৪৩) সর্ব্বপাপঘ্নঃ — পাপ পূম্বা কোকশিন্বনি। (৪৪৪) পরমেষ্ঠী —চিকাকালদা — খওবা-উবগী মপক লূরবা অতাংবদা লৈবনি। (৪৪৫) পিতামহঃ —ব্রহ্মাগীসু অপোকপনি, গুরুশিংগীসু পরম-গুরুনি ॥৬০॥

খড়গধারী কৃপাকারী রাধারমণ সুন্দরঃ।
দ্বাদশারণ্য সম্ভোগী শেষনাগফনাশ্রয়ঃ ॥৬১॥
কামঃ শ্যামঃ সুখশ্রীদঃ শ্রীহঃ শ্রীদঃ পতিঃ কৃতী।
হরির্হরো নরো নারো নরোত্তমঃ ইষুপ্রিয়ঃ ॥৬২॥

---

নামার্থস্মরণ।— (৪৪৬) খড়গধারী - নন্দক কৌবা থাংশাং পাইবনি, খুবাক্তা থাং মানবা মঙ্গ (ময়ি) লৈবনি। (৪৪৭) কৃপা-কারী—থৌজানবিবনি। (৪৪৮) রাধারমণ সুন্দরঃ —রাধাগা শান্নমিন্নবদা হৈশিংবনা নিংথিজবনি। (৪৪৯) দ্বাদশারণ্যসম্ভোগী—বন তরানিথোইদা প্রিয়াশিংগা উনবনি, বন তরানিথোই—(১) ভদ্রবন (২) শ্রীবন (৩) লোহবন (৪) ভাণ্ডীরবন (৫) ভালস-বন (৬) মহারল্য বন (৭) খাদির বন (৮) বহুলাবন (৯) কুমুদবন (১০) কাম্যবন (১১) মধুবন [১২] বৃন্দাবন অসিনি। [ অচিকপা মফমশিংদা ভকাগু ভক্ত প্রিয়াসিগী স্বস্বরূপ (মশাগী শেংলবা শক) —প্রেমরস তত্ত্ব ফোংদোকপিবা অসিবু বন তরানিথোইদা সম্ভোগ তৌবা হায়বনি। ] (৪৫০) শেষনাগফনাশ্রয়ঃ - অনন্তদা চেপ্লিবনি ॥৬১॥

নামার্থস্মরণ।—(৪৫১) কামঃ - লানথোক্লিংবশিংগী অপান্বনি, য়াম্না ফজবনি। (৪৫২) শ্যামঃ - মুরৈনবনি। (৪৫৩) সুখশ্রীদঃ —মুঙাই-য়াইফ পিবিবনি, মুঙাইবগীসু নিংথিজবদু থোকহনবিবনি। (৪৫৪) শ্রীহঃ —জীবগীদমক হোৎনবিবনি-জীববু থৌজানবিবনি। (৪৫৫) শ্রীদঃ —জীবগী অশেংবা প্রেম ফোংদোকপিবনি—ভক্তদা প্রীতি পিনবনি। (৪৫৬) পতিঃ - ভক্তবু খুদোংথিবদগী খুদক্তা

**গোপালীচিত্তহর্ত্তা চ কর্ত্তা সংসারতারকঃ**
**আদিদেবো মহাদেবো গৌরীগুরুরণাশ্রয়ঃ ॥৬৩॥**

---

কন্‌বিবনি, ব্রজদা যণগী মখোম্ থক্‌পনি, ব্রজরমণীগী খোম থক্‌পনি। (৪৫৪) কৃতী—কোৎনজুনতা নোম্‌জুনতা লৈবনি। (৪৫৫) হরিঃ—পূক্লিং হুবনি, নরসিংহ ওইবনি, মীওইবদা ইন্দ্রি খূজুম চন্নবা পাঙ্গল পিবিবনি। (৪৫৬) হরঃ—নিং শোনবতদা থম্মোয়দা ফাওবিরক্‌পনি, পাপ কোকপিবনি, মহাদেব ওইবনি। (৪৫৭) নরঃ – নীতি শাস্ত্রগী লমজিংবনি। (৪৫৮) নারঃ—শৈনিক ময়াম লৈবনি। (৪৫৯) নরোত্তমঃ—মীয়াম মনুংদা অথোইবনি, মীওইবদা অথোইবা পিবিবনি। (৪৬০) ইষুপ্রিয়ঃ – নিংশিংবতদা অপেনবা পিনবনি, থেন্‌কাপ্পা হৈনবনি ॥৬২॥

নামার্থস্মরণ।— (৪৬১) গোপালীচিত্তহর্ত্তা—থালা মুপীগী পুরিং চিংশিনবনি। (৪৬২) কর্ত্তা- ভক্তগী অপুনবা কক্‌পিবনি। (৪৬৩) সংসারতারকঃ - মনাইবু সংসারদগী লানবিবনি। (৪৬৪) আদিদেবঃ – পোকনমদাইদা লাইশিংনা খূকন্নবনি। (৪৬৫) মহা-দেবঃ—অচৌব লাইনি, মহাদেব-শিবনি। (৪৬৬) গৌরীগুরুঃ— গোপীশিংগী গুরুনি,—কাত্যায়নী ব্রত তৌবী গোপীশিংদা পাও-তাক পিবিবনি। (৪৬৭) অনাশ্রয়ঃ চংনফম্-লৈফম লৈতবনি, মশাদা (অদুম) লৈবনি ॥৬৩॥

সাধুর্মাধুর্বিধুর্ধাতা ত্রাতা ক্রূরপরায়ণঃ।
রোলম্বী হয়গ্রীবো বানরারির্বনাশ্রয়ঃ ॥৬৪॥
বনং বনী বনাধ্যক্ষো মহাবন্ধো মহামুনিঃ।
স্যমন্তকমণিপ্রাজ্ঞো বিজ্ঞো বিঘ্নবিঘাতকঃ ।৬৫॥

---

নামার্থস্মরণ। (৪৬৮) সাধুঃ মশাগী অতোপ্পাগীসু অপেথা থোকহনবনি (৪৬৯) মধুঃ—ফাগি তৌবদা রুক্মিণীবু কিহন্‌বনি, লক্ষ্মীবু থাদা কোনবনি। (৪৭০) বিধুঃ—তাইবংপালগী ব্রায়েনবনি, প্রিয়াগী মিংচিং য়ূবনি। (৪৭১) ধাতা—অচুম্বা নাক (পক্ষ) কনবনি, বিশ্ববু য়োক্কি পুরিবনি। (৪৭২) ত্রাতা—গোঠ ডাকপনি। (৪৭৩) অক্রুরপরায়ণঃ—অক্রুরগী পুক্নিং চংফম্নি। সংপুকযশিংগী চংনফম্নি। (৪৭৪) রোলম্বী—থোইমু ইল্লবা বনমালা অমম্বুং কোক্‌থোল থোনবনি। (৪৭৫) হয়গ্রীবঃ—হয়গ্রীব অবতার ওইবনি। (৪৭৬) বানরারিঃ—বলদেব ওইদুনা দ্বিবিদ কৌবা য়োংগী য়েক্লবনি। (৪৭৭) বনাশ্রয়ঃ—বন্দা লৈবনি, বৃন্দাবনদা লেংদনা লৈবনি ॥৬৪॥

নামার্থস্মরণ।—(৪৭৮) বনং—শ্রীবৃন্দাবনমক্কি, নীংগদমক্কি। (৪৭৯) বনী—গোবদ্ধনদা, চৈত্রবনদা ভক্তনা শাম্নরিবনি। (৪৮০) বনাধ্যক্ষঃ—কোকিলাদি বনগী মপুনি, বনদা অচা-অথক নিবদা লুচিংবনি। (৪৮১) মহাবন্ধঃ-সংসঙ্গ অমম্বুং ভক্তিনা পূল্লিবনি। (৪৮২) মহামুনিঃ—ব্যাসনচিংবা মুনি ওইবনি, ভক্তি লৈরবশিংগী য়াইফনবগা নীংবনি। (৪৮৩) স্যমন্তকমণিপ্রাজ্ঞঃ—স্যমন্তকঃ মণিগী মতিক মগুণ খংবনি। (৪৮৪) বিজ্ঞঃ—বৃন্দাবনগী উচেক ফাওবা

গোবর্দ্ধনো বর্দ্ধনীয়ো বর্দ্ধনো বর্দ্ধনঃ প্রিয়ঃ।
বার্দ্ধন্যো বর্দ্ধনঃ বর্দ্ধী বর্দ্ধিষ্ণুঃ সুমুখঃ প্রিয়ঃ ॥৬৬॥
বর্দ্ধিতো বৃদ্ধকো বৃদ্ধঃ বৃন্দারকজনপ্রিয়ঃ।
গোপালরমণীভর্ত্তা সাম্বকুষ্ঠবিনাশনঃ ॥৬৭॥

---

খংবনি, পুন্নমকী অমম্বস্ন খংবনি। (৬৮৫) বিষবিঘাতকঃ—ব্রজ-ভক্তশিংগী মৈখাইবা অপনবা পুম্বা মাংহনবিবনি।৬৫॥

নামার্থস্মরণ।— (৬৮৬) গোবর্দ্ধনঃ পৃথিবীগী অরুম্বা মাংহন্দুনা মুডাইহন্‌বনি, গৌরী-ধবলী শ্যামলীনচিংবা মণবী শেন্দুনা নোই-পেলহনবনি। (৬৮৭) বর্দ্ধনীয়ঃ - অঙাংনি নীংজদুনা নীংথিনা য়োকখৎকদবনি। (৬৮৮) বর্দ্ধনীবর্দ্ধনঃ - নিংজবা ভম্বা পাঙ্গল হেন্না হেন্না হাপ্পিবনি। (৬৮৯) প্রিয়ঃ—ভাবনা পুম্ববু ঙালহলবিবদগী ভক্তগী প্রিয় ওইবনি। (৬৯০) বার্দ্ধন্যঃ—কৃষ্ণ ভক্তবু ইকাইখুম্নহনবনি। (৬৯১) বর্দ্ধনঃ শ্রীকৃষ্ণবু আত্মানি হায়না লেপথ্রবশিংগী লাংতক্লদ্রবা ধৈর্য্যনচিংবনা অপেনবা হেন্না হেন্না থোকহনবনি। (৬৯২) বর্দ্ধী—পিক্লম্বদগী চাওথোরকপনি, অহানবদা বামন ওইরগা মথংদা বিশ্বরূপ ওইবনি। (৬৯৩) বর্দ্ধিষ্ণুঃ - লেংদ্রবা মশক অমত্তনা অতুম ময়ামস্ত ওইবনি। (৬৯৪) সুমুখঃ—ফজবা মায়খোনি। (৬৯৫) প্রিয়ঃ --ভক্তবু নুংশিবিবনি ॥৬৬॥

নামার্থস্মরণ। - (৬৯৬) বর্দ্ধিতঃ—যশোদানা লুনা-চান্না য়োকচরকপনি। (৬৯৭) বৃদ্ধকঃ—উপনন্দনচিংবা অহল-লমন-শিংনা মুডাইনা ফংজবনি, জ্ঞানদা চহিদা খ্বাইদগী অহল ওইবনি—

**রুক্মিণীহরণপ্রেমারপ্রেমী চন্দ্রাবলীপতিঃ।**
**শ্রীকর্ত্তা বিশ্বভর্ত্তা চ নারায়ণো নরো বলী ॥৬৮॥**
**গণো গণপতিশ্চৈব দত্তাত্রেয়ো মহামুনিঃ।**
**ব্যাসো নারায়ণো দিব্যো ভব্যো ভাবুকধারকঃ ॥৬৯॥**

---

হেনবনি, অদুনা অাত্মবু মুংশিগদবনি থিগদবনি ভাকৃপিরম্বনি। (৪৯৮) বৃদ্ধঃ — ব্রহ্মাবুসু পোকপিবা ওহন্নি, জ্ঞান-গুণ পুম্নমক্তা লোইনা থোইবনি। (৪৯৯) বৃন্দারকজনপ্রিয়ঃ —লাইপুম্বনা মুংশি-জবনি। (৫০০) সাম্বকুষ্ঠবিনাশনঃ — জাম্বুবতী মচা সাম্বগী কুষ্ঠি থুংবা কহনবনি ॥৬৭॥

নামার্থস্মরণ।— (৫০১) রুক্মিণীহরণপ্রেমা— রুক্মিণীবু হুবা (চেলবা) পাম্বনি। (৫০২) প্রেমী— ভক্তশিংবু মুংশিবিবনি। (৫০৩) চন্দ্রাবলীপতিঃ - থাগী পরেংবু নিয়ম নাইহনবনি। (৫০৪) শ্রীকর্ত্তা—নিংথিজবা যজবা থোকহনবনি। (৫০৫) বিশ্বভর্ত্তা— অাইবংপালবু য়োকপিরিবনি। (৫০৬) নারায়ণনরঃ — নারায়ণ-নর ঋষি অনি ওইবনি। (৫০৭) বলী— অকনবনি ॥৬৮॥

নামার্থস্মরণ।—(৫০৮) গণঃ —যণলুপ মশিং থিবনি। (৫০৯) গণপতিঃ —বিন্দু (শূন্য) ওইদুনা মশিংগী মপুম ফাহনবনি। (৫১০) দত্তাত্রেয়ঃ —দত্তাত্রেয় মনি ওইবিবনি,— দত্ত+আত্রেয় = অত্রি মুনিগী মচা দুর্ব্বাসাবু হংসভিজুকদগী কনবিবনি। (৫১১) মহামুনিঃ —মহামুনি ওইবনি। (৫১২) ব্যাসঃ — ব্যাস অবতার ওইবনি। (৫১৩) নারায়ণঃ —জীববু থংবিবনি। (৫১৪) দিব্যঃ — স্বর্গদা লৈবা পরলোকী মন্ত্রি ওইবনি। (৫১৫) ভব্যঃ — থম্মোয়দা

**শ্বঃ শ্রেয়সং শিবং ভদ্রং ভাবুকং ভবিকং শুভম্।**
**শুভাত্মকঃ শুভঃ শাস্তা প্রশস্তো মেঘনাদহা ॥৭০॥**
**ব্রহ্মণ্যদেবো দীনানামুদ্ধারকরণক্ষমঃ।**
**কৃষ্ণঃ কমলপত্রাক্ষঃ কৃষ্ণঃ কমললোচনঃ ॥৭১॥**

---

ফাওবা মঙ্গলনি। (৫১৬) ভাবুকধারকঃ—ভক্তিরাসদা ভাব চংলবশিংবু পুশিনবিবনি ॥৬৯॥

নামার্থস্মরণ।— (৫১৭) শ্বঃ শ্রেয়সং- মতাক্তী কৃপানা মতুংদা অফবা ওইবনি, স্বঃশ্রেয়সং—পুন্নমক্তা হেনবনি। (৫১৮) শিবং— মোক্ষগী মুভাইবা পিনবনি। (৫১৯) ভদ্রং— সংসারগী অপুনবা মাংহনবিবনি। (৫২০) ভাবুকং—ভক্তশিংগী ভাব লৌবিবনি, পিতং- নচিংবা ওইদুনা পুন্নমক্তী অপেকপনি। (৫২১) ভবিকং— অরেপ্পনি, হোংদবা মশক্লি। (৫২২) শুভঃ — পুন্নমক্ল লাংহনরিবনি, ভাইবং পালগী লৈতেংনি। (৫২৩) শুভাত্মকঃ — মঙ্গলগী মশক্লি। (৫২৪) শুভঃ—মতম পুন্নদা ফজবনি। (৫২৫) শাস্তা—শাস্ত্রনা জগৎপু শাসন তৌবিবনি। (৫২৬) প্রশস্তঃ —পুন্নমক্লা থাগৎনবনি। (৫২৭) মেঘনাদহা—নোং খোংবদগী হেল্লবা লুম্নবা খোনথোক্লি, লক্ষ্মণগী শক্তমদা মেঘনাদবু হাৎপনি ॥৭০॥

নামার্থস্মরণ।- (৫২৮) ব্রহ্মণ্যদেবঃ —তপ, বেদ, ব্রাহ্মণ, জ্ঞান পুন্নমক অসিবু ঙালহনবনি। (৫২৯) দীনানামুদ্ধারকরণক্ষমঃ — তোল্লবা লৈখা ভাঁরবশিংবু লৌখৎপিবা ঙম্বনি। (৫৩০) কৃষ্ণঃ — নৌন-ফজবনা, মিরবা মুরলীগী খোম্বাংনা রাধাগী পুক্লিং চিং- শিনবনি, কৃষ্ণঃ- পদগী থায়দোক্লবা— ক, ঋ, ষ, ণ, অ, ঃ,— মযেক

কৃষ্ণঃ কামী সদাকৃষ্ণঃ সমস্তপ্রিয়কারকঃ।
নন্দো নন্দী মহানাদো মাদী মাদনকঃ কিলী ॥৭২॥

---

মঙাগী অমমমগী অর্থ — ক—ব্রহ্ম, ঋ—অনন্ত, ষ—শিব, ণ—ধাম, অ—বিষ্ণু, =নরনারায়ণ ঋষি। অর্থ অমগা—কৃষ্ণঃ মঙাল পুম্বগী মপৈনি, শকনাইবপুম্বগী মশক্তি, পুম্নমক্কী লৈফম্নি-মরুনি। (৫৩১) কমলপত্রাক্ষঃ—থম্বাল লকাগুম্বা নয়ননি। (৫৩২) কৃষ্ণঃ—নাম-সিবু, নিংশিংব-শোনবতদা ভক্তশিংগী পাপ মাংহনবনি, শ্যামকুণ্ডদা তীর্থ পুম্বা পুরকপনি। (৫৩৩) কমললোচনঃ - কালীয়হ্রদগী থম্বালনা মপাঙ্গল কোংদোকপনি ॥৭১॥

নামার্থস্মরণ।— (৫৩৪) কৃষ্ণঃ—যমুনা মপানগী বনদা রাধানা চিংবনি, যশোদাগী শুম্বল চিংবনি। (৫৩৫) কামী—তাইবংপাল শেম্গে নীংবনি। (৫৩৬) সদাকৃষ্ণঃ — মতম পুম্বদা মক্তবনি। (৫৩৭) সমস্তপ্রিয়কারকঃ—পুম্নমক্কী অপাম্বা থোক-হনবনি। (৫৩৮) নন্দঃ — অফবা কর্ম্মনা নুঙাইহনবনি। (৫৩৯) নন্দী—নন্দগী মচানি। (৫৪০) মহানাদী - বেদগী লম্বী কাইদনা চৎপনি। (৫৪১) মাদী—মাগীদমক্তা ভক্তগী শকপা-শোনবা, জগোই শাবনচিংবদা ময়াই কাবনি। (৫৪২) মাদনকঃ—ব্রজ-গোপীশিংগী মান (ওইনবা) হেনহলবনি,—(গোপীশিংসু ওইন-চাওহনবনি)। (৫৪৩) কিলী—গোপ-সখাশিংগা শান্নমিন্নবনি, জগৎপু শেম্বা, য়োকপা, লোইশিনবনা শান্নবা ওইবনি।৭২॥

মিলী হিলী গিলী গোলী গোলো গোলালয়োগুলী।
গুগগুলী মারকী শাখী বটঃ পিপ্পলকঃ কৃতী ।৭৩।
ম্লেচ্ছহা কালহর্ত্তা চ যশোদাযশ এব চ।
অচ্যুতঃ কেশবো বিষ্ণুর্হরিঃ সত্যো জনার্দ্দনঃ ।৭৪।

---

নামার্থস্মরণ ।—(৫৪৪) মিলী—দর্শন-প্রেমালিঙ্গননচিংবনা ভক্তশিংবু লৌশিনবিবনি। (৫৪৫) হিলী—ভক্তশিংগী ভাব মথল থোকহনবনি, গোপীশিংগা জগোঙ্গ শামিন্নবনি। (৫৪৬) গিলী—যশোদানা পিজবা শঙ্গোম অফম্বা অনৌবা চাবনি, ভক্তনা কচ্চবা মনা-মশিং-লৈ লৌবনি। (৫৪৭) গোলী—অঙাংগী শান্ন-পোৎ বোল পাইবনি, মঙালগী মকোইনা নিংথিজবা মূর্ত্তিনি, জৌবগী কান্নবগীদমক্তা বেদগান ভৌবনি। (৫৪৮) গোলঃ—ষণগী মশীং পাবনি। (৫৪৯) গোলালয়ঃ—লোক পুম্বগী লৈফম ওইবনি, গোলোকতস্ম লৈবনি। (৫৫০) গুলী—খুদোংথিবদগী ভক্তবু কনবিবনি। (৫৫১) গুগগুলী—মনম মুংশিবা ধূপ পাম্বনি। (৫৫২) মারকী—বাঁশী-বেণু পাইদুনা কামদেববু জয় ভৌবনি। (৫৫৩) শাখী—বেদগী বিভাগ শাখা লৈবনি। (৫৫৪) বটঃ—জগৎপু য়েন্ডুনা-কোইদুনা লৈবনি, ব্রজভূমিদা কোইনা কোইনা চৎপনি। (৫৫৫) পিপ্পলকঃ - সনা খোংনাং ওইবনি. (৫৫৬) কৃতী—কৃতযুগ-সত্য যুগপু লুনা ভৌবনি ॥৭৩॥

নামার্থস্মরণ ।— (৫৫৭)—ম্লেচ্ছহা—কল্কিগী শক্তমদা ম্লেচ্ছ লোইশিনবনি. কালযবননচিংববু মাংহনবনি। (৫৫৮) কালহর্ত্তা-চাকতাংবা কোকজনবনি, কালগীসু (মৃত্যুগীসু) কালনি। (৫৫৯).

**হংসো নারায়ণো নীলো লীনো ভক্তিপরায়ণঃ**
**জানকীবল্লভো রামো বিরামো বিঘ্ননাশনঃ ॥৭৫॥**

---

যশোদাযশঃ—যশোদাগী শৌভাগ্যগী মশক্তি। (৫৬০) অচ্যুতঃ—মখল তরুক্কী অওলবা লৈতবনি, (ষড় বিধভাবাবিকাররহিত)। (৫৬১) কেশবঃ—কেশ কৌবা প্রকাশকী অংশ কয়া কয়াগী মশক্তি, ব্রহ্ম-শিবকাও মাগী কৃপানা চৎলিবনি। (৫৬২) বিষ্ণুঃ—অংশ কলা পুম্নমক্কী অদুম চংশিনকম্ ওইবনি, পরিপূর্ণতম কৃষ্ণনি, মতম্না, মফম্না, পোৎ অমনা ওম্থৈ চাং ককপা ওমদবনি, (১) মরি, (২) মরি, (৩) অনি, (৪) মঙা, (৫) অমুকস্ম অনি,=অমুম্না ময়েক্কী মশিং ওইবা মন্ত্রনা হোম কৎনরিবনি, (অহানবা মরি—'ওশ্রাবয়', অনিশুবা মরি—অস্ত 'শ্রৌষট্', অনি—'যজ', মঙা—'যেযজামহে, অনীশুব অনী বষট্—মন্ত্র মঙাসিনি', তারীবা-উরিবা পোৎ পুম্বগী মুঙ-শান শিন্না লৈরিবনি। (৫৬৩) হরিঃ—বৃন্দাবনগী গোপীশিংদগী মাখলনচিংবা লৌবনি। (৫৬৪) সত্যঃ—অচুম্বা-অওইবা ওাংবনি, অচুম্বা অরেপ্পনি। (৫৬৫) জনার্দ্দনঃ—ভক্তনা প্রার্থনা তৌজবনি ॥৭৪॥

নামার্থস্মরণ।—(৫৬৬) হংসঃ—অধ্যাত্মবিদ্যানা ফংবা-উবা ওইবনি। (৫৬৭) নারায়ণঃ—জীবগী থৌদা পীবনি, ভক্তগী অপাম্বা থুংহনবনি। (৫৬৮) নীলঃ—শাম্নপোৎ হুনবা-লংবনি। (৫৬৯) লীনঃ—লীলা পুম্বগী মপুনি, পুম্নমক্কী থুপকম্নি। (৫৭০) ভক্তিপরায়ণঃ—ভক্তিদা লৈবনি, ভক্তিতনা ফংবা ওইবনি। (৫৭১) জানকীবল্লভঃ—সীতাপ্রিয়নি। (৫৭২) রামঃ—রাম ওইদুনা

**সহভানুর্মহাভানুর্বীরভানুর্মহোদধিঃ।**
**সমুদ্রোঽব্ধিরকুপারঃ পারাবারঃ সরিৎপতিঃ॥৭৬॥**
**গোকুলানন্দকারী চ প্রতিজ্ঞাপরিপালকঃ।**
**সদারামঃ কৃপারামো মহারামো ধনুর্দ্ধরঃ॥৭৭॥**

---

হিংসাবশিংবু মুক্তি পিবনি, রাধাবিহারি ওইবনি। (৫৭৩) বিরামঃ — বেদনস্থ মনাক লেপ্পদা ভূমিন্না পোত্থাখরবনি। (৫৭৪) বিষ-নাশনঃ — কালীন্দ্রদগী হৃ মাঙহনবনি ॥৭৫॥

নামার্থস্মরণ।— (৫৭৫) সহাভানুঃ — অঙৈং-অশা-হাংবতনা ফংবা ঙম্বনি, লক্ষ্মীগা লোইননা ঙান্নিবনি। (৫৭৬) মহাভানুঃ —সুমিং থানচিংববুস্থ ঙালহনবনি। (৫৭৭) বীরভানুঃ — বীররসদা ঙান্নিবনি। (৫৭৮) মহোদধিঃ — মহাবিভূতিগী মণক ঈশিং পূরিবনি। (৫৭৯) সমুদ্রঃ —মুদ্রা-লক্ষ্মীগা লৈমিন্নবনি, ধর্ম্মগী মর্য্যাদা কাইদনা লৈবনি। (৫৮০) অব্ধিঃ —সাগরগী (সমুদ্র) মশক্তি। (৫৮১) অকুপারঃ – কুর্ম্ম-অবতারগী মশক্তি, মাবু নিংজবশিংবু সংসার কোমদা তাহন্দবনি। (৫৮২) পারাবারঃ — বিষয়দা পুক্নিং চংবশিংবু খুমজিনবনি, সংসারগী রাংমদা লৈবনি। (৫৮৩) সরিৎপতিঃ —সমুদ্রগী অন্তর্যামি-নি, যমুনাগী মপুনি য়োকপিবনি ॥৭৬॥

নামার্থস্মরণ।— (৫৮৪) গোকুলান্দকারী—গোকুলদা লীলানা নুংঙাইবা থোকহনবনি। (৫৮৫) প্রতিজ্ঞাপরিপালকঃ – নশাগী ভক্তগীসু রাশক ঙাকপনি। (৫৮৬) সদারামঃ —বৃন্দাবনদা প্রেয়-সীশিংগা প্রেম—চিদানন্দরসদা নিত্যার্বহার তৌরিবনি। (৫৮৭) কৃপারামঃ — কৃপানা মাংওইননা ভক্তশিংগী রমন অশেংবা মশক

**পর্ব্বতঃ পর্ব্বতাকারো গয়ো গেয়ো দ্বিজপ্রিয়ঃ।**
**কম্বলাশ্বতরো রামো রামায়ণ প্রবর্ত্তকঃ ॥৭৮॥**
**দ্যৌর্দিবো দিবসো (৬০০) দিব্যো ভব্যো ভাবিভয়াপহঃ।**
**পার্ব্বতী ভাগ্যসহিতো ভর্ত্তা লক্ষ্মীবিলাসবান্ ॥৭৯॥**

---

পিনবনি, ভক্তশিংগী নাম-গুণ-রসগী অচৌবা কার্ত্তণগানদা মুঙাই-বনি। (৫৮৮) মহারামঃ — ভক্তগী পুক্নিংদা শান্নফম ওইবনি। (৫৮৯) ধনুর্দ্ধরঃ —শার্ঙ্গ-লিকং পায়বনি ॥৭৭॥

নামার্থস্মরণ।—(৫৯০) পর্ব্বতঃ —মীওইবগীদমক পর্ব্ব যাগা মহোৎসব কয়া শন্দোকপিবনি, পূর্ণনি-সবঙনি, মফম পুম্নমক্তা থুনা য়োবনি। (৫৯১) পর্ব্বতাকারঃ — হিমালয়-গোবদ্ধন চৌংগী মওং লোবনি। (৫৯২) গয়ঃ – ঈশৈ পাম্বনি। (৫৯৩) গেয়ঃ — মতিক মগুণ শকপা-শোনবদা মতিক চাবনি, গয়গেয়ঃ —ওইরবদি গয়াদা গদাধর ওইনা স্তুতি তৌবা মতিক চাবনি। (৫৯৪) দ্বিজপ্রিয়ঃ —দ্বিজ-জাতিবু নুংশিবিবনি, ব্রাহ্মণবু থোইনা চানবিবনি। (৫৯৫) কম্বলাশ্বতরঃ —শৈব সুগ্রীব মেঘপুষ্প বলাহক কৌবা শগোল মরি লোইবনি, কমলা শ্বরতঃ —ওইরবদি থম্বাল মনম্ নম্বা শগোল লৈবনি। (৫৯৬) রামঃ —চাংদমনিংঙাই লৈতনা নন্ লৈবনি। (৫৯৭) রামায়ণ প্রবর্ত্তকঃ —বাল্মীকি মুণি ওইনা রামায়ণ শাস্ত্র শন্দোক্লম্বনি, সংকেতকুঞ্জদা ব্রজ-রামাশিংগী লমজিংবা ওইবনি ॥৭৮॥

নামার্থস্মরণ।—(৫৯৮) দ্যৌঃ —বৃহদ্‌বনদা প্রকাশ তৌবনি, দ্যু-দেবগী মশক ওইদুনা ভাইবং-জীবগী মপা ওইবনি হায়বদি

বিলাসী সাহসী সর্ব্বী গর্ব্বী গর্ব্বিতলোচনঃ।
মুরারির্লোকধর্ম্মজ্ঞো জীবনো জীবনান্তকঃ ॥৮০॥

---

(অতিয়া গুরুশিদবা ওইবনি, বিষ্ণারত্ন)। (৫৯৯) দিবঃ —গোপ-গোপীশিংগা শান্নবনি। (৬০০) দিবসঃ — মঙান্গী মশক্কি। (৬০১) দিব্যঃ —জন্ম-কর্ম্ম পুম্নমক চৎনবগী রাংমনি, অলৌকিকনি। (৬০২) ভব্যঃ — নিংগ্য রস অমত্তগী মশক্কি। (৬০৩) ভাবিভয়াপহঃ —ভক্তগী ওইরকদবা সংসার মাংহনবনি। (৬০৪) পার্ব্বতী-ভাগ্যসহিতঃ —পার্ব্বতীগী ভাগ্যনা শঙ্করগী হিতকারী ওইবনি, বৃকাসুরদগী শঙ্করগী খুদোংচীবদু কোকহনবনি। (৬০৫) ভর্ত্তা — ভক্তগী লমন্ কাউঙমদবনি, মথোই কেন্না কেন্না কাববু-কাউদবনি। (৬০৬) লক্ষ্মীবান—লক্ষ্মী রুক্মিনী রাধাগা শান্নমিন্নবনি ॥৭৯॥

নামার্থস্মরণ।— (৬০৭) বিলাসী—ব্রজ রমনীশিংগা বিলাস তৌবনি। (৬০৮) সাহসী — থৌনা ফবনি, অকিব লৈতবনি। (৬০৯) সর্ব্বী—দেব-পিতৃনচিংবগী শক্তম পুম্না ওইবনি। (৬১০) গর্ব্বী—নাটক্কী সন্ধি খংবনি, ঐঙোন্দগী অথোইবা লৈতে হায়না গর্ব্ব তৌবনি। (৬১১) গার্ব্বিতলোচনঃ —নাপন্‌লৈবা মিৎয়েংনি, নাপন চাওবশিংবু নমহৎপনি। (৬১২) মুরারিঃ — মুর হিংচাবগী য়েক্লবনি। (৬১৩) লোকধর্ম্মজ্ঞঃ —বর্ণ-আশ্রম-আচার খংবনি, খংহনবনি। (৬১৪) জীবনঃ —লোক পুম্নমকী থরাই পুবনি, অঘাসুরগী পুক্নুংদা শিরবা গোপ-সখাশিংবু হিংহনবনি। (৬১৫) জীবনান্তকঃ —পুন্সি লোইশিনবিবনি মৃত্যুনি, শিরবা ভুংদসু ভক্তগী মুংঙাইবা কংহনবনি ॥৮০॥

**যমো যমারির্যমনো যামী যামবিধায়কঃ।**
**বংশুলী পাংশুলী পাংশুঃ পাণ্ডুরর্জ্জুনবল্লভঃ ॥৮১॥**
**ললিতাচন্দ্রিকামালী মালী মালাম্বুজাশ্রয়ঃ।**
**অম্বুজাক্ষো মহাযজ্ঞো দক্ষচিন্তামণিঃ প্রভুঃ ॥৮২॥**

---

নামার্থস্মরণ।—(৬১৬) যমঃ —ধর্ম্মনচিংবা ভস্বিদুনা জীবশিংগী নিয়ম তৌবিবনি, ধর্ম্ম-অধর্ম্মগী শাসন তৌরিবা যমরাজনি। (৬১৭) যমারিঃ —যমগী যমদূতকীস্থ য়েক্লবনি। (৬১৮) যমনঃ —যম-রাজনা মতিক মগুণ শোনবনি। (৬১৯) যমী—বিক্ষেপ লৈতবনি, শরুপ্তা লৈবনি। (৬২০) যামবিধায়কঃ —ভক্তশিংদা উপরতি কংহনবনি, (উপরতি ভগবৎকী মরি লৈতবদা চংদবা পামদবা)। (৬২১) বংশুলী—কলা পুম্বা কৈবনি, বেণু পায়বনি, অচোবা শাগৈগী রুক্মিণীনচিংবগা লোইনরিবনি। (৬২২) পাংশুলীঃ - উজবতদা পাপ পুম্বা কোকপনি, নিংথিজবা রুপতু উবদা ভাব পোক-হনবনি। (৬২৩) পাংশুঃ —ভক্তগী য়েক্লবা মাংহনবনি। (৬২৪) পাণ্ডঃ —ঐকান্তিক সেবক ভক্তনা খংবা ওম্বনি, পোৎপুম্বা খাক্তনা খংবনি। (৬২৫) অর্জ্জুনবল্লভঃ —অবুলিবু মুংশিবিবনি ॥৮১॥

নামার্থস্মরণ।— (৬২৬) ললিতাচন্দ্রিকামালী—নিংথিজরব থা মানব মালা থোলবনি। (৬২৭) মালী—বৈজয়ন্তীনচিংবা পরেং শিবনি। (৬২৮) মালাম্বুজাশ্রয়ঃ —থম্বালগী মালা থোনবনি। (৬২৯) অম্বুজাক্ষঃ —ভাগী মতৌগুম ভগুপ ভরাংবা মিৎনি। (৬৩০) মহাযজ্ঞঃ —অথোইবা লাৎকদবা মশক্তি। (৬৩১) দক্ষঃ —থবক খুদিংমক্তা হৈশিংবনি। (৬৩২) চিন্তামণিঃ — নিংজবদু থুংহনবনি, নিংবভনা কংবা য়াবনি। (৬৩৩) প্রভুঃ —থোকখিদ্রিবা থোকহনবনি ॥৮২॥

**মণির্দীনমণিশ্চৈব কেদারো বদরীশ্রয়ঃ।**
**বদরীবনসম্প্রীতো ব্যাসঃ সত্যবতীসুতঃ ॥৮৩॥**
**অমরারিনিহন্তা চ সুধাসিন্ধুবিধূদয়ঃ।**
**চন্দ্রো রবিঃ শিবঃ শূলী চক্রী চৈব গদাধরঃ ॥৮৪॥**

---

নামার্থস্মরণ।—(৬৩৪) মণিঃ—পুম্নমক উহনবনি-ঙানহনবনি, বাল্যলীলাদা কুহাদা লোৎলগা লাওবনি। (৬৩৫) দিনমণিঃ—নুমিৎ ওইদুনা দিনদা-অয়ুক নুংথিন্দা ঙালবনি, দিনদা গোপী-শিংনা স্তুতি-পূজা তৌবনি। (৬৩৬) কেদারঃ —কেদার-নাথ ওইবনি, সমুদ্র-ঈশিংদা শঙ্খা স্বর হাৎপনি, ঈশিংদা হৌবা এড়কা (নোংথাং-নাপি মখল) নিদুনা লৌরগা যণগী থৌরি ভানবগী শেগাইবনি। (৬৩৭) বদরীশ্রয়ঃ—বদরিকাশ্রমদা লৈবনি। (৬৩৮) বদরীবনসম্প্রীতঃ —বদরীবনদা য়াম্না প্রেম লৈবনি, (বদরীবন অসিবু ব্রজদা দীর্ঘপুরগী লোইরকপা, কৃষ্ণ কুণ্ডনচিংবগী মরক্তা লৈবনি হায়রৈ)। (৬৩৯) ব্যাসঃ —বেদ-মখল থাইদোকপনি প্রলয়দা জগৎপু য়োৎশিনবনি। (৬৪০) সত্যবতীসুতঃ—সত্যবতীগী মচা ওইবনি, বেদ-শাস্ত্রগী মতুংইন্না অচুম্বা অওইবতা ঙাংলবী যশোদাগী মচা ওইনা ফোংদোকপনি ॥৮৩॥

নামার্থস্মরণ।-(৬৪১) অমরারিনিহন্তা — লাইগী য়েক্লবা-হিংচাবা হাৎপনি। (৬৪২) সুধাসিন্ধুবিধূদয়ঃ — অমৃত সমুদ্রগী থা ওইনা থোকপনি। (৬৪৩) চন্দ্রঃ —জীবগী নুংঙাইনবা ওইবা থাজনি, চন্দ্র ওইদুনা চন্দ্রবংশ শন্দোকপনি। (৬৪৪) রবিঃ — গুণ অহুমগী থৌরী কক্লবা নিপা থোকপা মীনা ফংবনি, লাই ওইদুনা লাওবনি,

শ্রীকর্ত্তা শ্রীপতিঃ শ্রীদঃ শ্রীদেবো দেবকীসুতঃ।
শ্রীপতিঃ পুণ্ডরীকাক্ষঃ পদ্মনাভো জগৎপতিঃ ॥৮৫॥
বাসুদেবোঽপ্রমেয়াত্মা কেশবো গরুড়ধ্বজঃ।
নারায়ণঃ পরংধাম দেবদেবো মহেশ্বরঃ ॥৮৬॥

---

য়েক্কুবনসু থাগৎনবনি। (৬৪৫) শিবঃ —মঙ্গলমূর্ত্তি শঙ্করগী রূপ ওইবনি। (৬৪৬) শূলী—অসুরশিংবু রাহনবনি, তা-পায়বনি। (৬৪৭) চক্রী—সুদর্শন চক্র পায়বনি। (৬৪৮) গদাধরঃ —কৌ-মোদগী—গদা পায়বনি ॥৮৪॥

নামার্থস্মরণ। (৬৪৯) শ্রীকর্ত্তা - শ্রীরাধাগী ফজনবতা শেম্বনি। (৬৫০) শ্রীপতিঃ —পরাশক্তিগী মপূনি, (৬৫১) শ্রীদঃ —সেবকশিংদা মক্কুবা লন অমসুং ভক্তি পিবিবনি। (৬৫২) শ্রীদেবঃ —ভক্তগী মাংদা নৌনা সুংশিনা শাম্নবনি। (৬৫৩) দেবকীসুতঃ —শেংলবা থম্মোয়দা ফাওবনি, দেবকীগী মচা তরুকপু লানবিবনি। (৬৫৪) শ্রীপতিঃ —ভক্তগী মরন-মথুম ঙাকপিবনি, অচুম্বা লৌশিং লৈব-শিংবু য়োকলিবনি। (৬৫৫) পুণ্ডরীকাক্ষঃ —পুণ্ডরীক-গোপ সখাদা সুংশিনা য়েংবনি, প্রাণিপুম্বগী হৃদিদা লৈবনি। (৬৫৬) পদ্মনাভঃ - থম্বানগুম্বা খোইদৌনি। (৬৫৭) জগৎপতিঃ —অংশ-কলানচিংবা ওইদুনা জগৎপু পালন তৌবনি ॥৮৫॥

নামার্থস্মরণ।—(৬৫৮) বাসুদেবঃ — শেংলবা থম্মোয়দা (শুদ্ধ চিত্তদা) ঙালবনি, হিংলিবা পুম্বদা লেংদনা লৈবনি, ভাইবংপালবু কুপ্লিবনি, লেংলি-পাল্লি-পুম্বগী মশক্কি। (৬৫৯) অপ্রমেয়াত্মা—করিগুম্বা প্রমাণ অমতনা অরেপ্পা খংবা ঙমদবনি, (খুদম মচা খর

**চক্রপাণিঃ কলাপূর্ণো বেদবেদ্যো দয়ানিধিঃ।**
**ভগবান্ সর্ব্বভূতেশো গোপালঃ সর্ব্বপালকঃ ॥৮৭॥**

---

—যশোদাগী মাংদা অঙাং ওইনা, কুঞ্জ মন্দিরদা পাখং ওইনা, অঙাং-মরূপশিংদা চহি লোংগা ওইনা উবনি)। (৬৬০) কেশবঃ—শম-মনম মুংশিবনি, ব্রহ্মা-রুদ্র-লক্ষ্মীবু খুদুম চল্লিবনি। (৬৬১) গরুড়ধ্বজঃ—গরুড়-য়েকপনা ফিরাল ওইবনি, ভোংবদা গরুড়গী মশা নিকহন্দবা হাই-হুমহন্দবনি। (৬৬২) নারায়ণঃ—মপোক কয়াগী মভুংদা খংলকপনি, মুংশিজরবা মশক ওইবনি। (৬৬৩) পরংধামঃ—মায়া থাদোক্লবশিংগী অরেপ্পা লৈফম্নি, জ্যোতিঃ তগী মশকনি। (৬৬৪) দেবদেবঃ—লাইশিংগীসু লাইনি, লাইপুম্বনা মাগী কৃপানা অকাবলৈতনা শান্নরি। (৬৬৫) মহেশ্বরঃ—জীব পুম্ববু চাওখং-হনবা মপুনি ॥৮৬॥

নামর্থস্মরণ।—(৬৬৬) চক্রপাণিঃ—খুত্তা চক্র-মরি লৈবনি। (৬৬৭) কলাপূর্ণঃ—গোপীশিংনা মুঙাইনা ফংজবনি, কলা ভরাভরক্কা মপূং ফাবনি। (৬৬৮) বেদবেদ্যঃ—বেদগী মতেংনা খংবয়াবনি, মথাক্কী কৃপানা বেদবু খংবগদনি। (৬৬৯) দয়ানিধিঃ—দয়াগী সমুদ্রনি, মুংশি হৈবশিংদনা ফংগদনি। (৬৭০) ভগবান্—অথোইবা মতিক মগুণ লৈবনি, শেম-শাবা লোইনা হৈবনি। (৬৭১) সর্ব্বভূতেশঃ—প্রাণি পুম্বগী শাসন পাইরিবনি। (৬৭২) গোপালঃ—যণ য়োক-শেনবনি, মাগী মগুণনা জগৎ য়োকপনি। (৬৭৩) সর্ব্বপালকঃ—পুম্নমকপু ঙাক্লিবনি ॥৮৭॥

**অনন্তো নির্গুণো নিত্যো নির্ব্বিকল্পো নিরঞ্জনঃ।**
**নিরাধারো নিরাকারো নিরাভাসো নিরাশ্রয়ঃ ।৮৮।**
**পুরুষঃ প্রণবাতিতো মুকুন্দঃ পরমেশ্বরঃ।**
**ক্ষণাবণিঃ সার্ব্বভৌমো বৈকুণ্ঠো ভক্তবৎসলঃ ।৮৯।**

---

নামার্থস্মরণ।—(৬৭৪) অনন্তঃ —অমথৈ লৈতবনি। (৬৭৫) নির্গুণঃ —সত্ত্বনচিংবা গুণ লৈতবনি। (৬৭৬) নিত্যঃ —নিয়ম নাইনা কোংদোকপনি, অচুম লৈবনি। (৬৭৭) নির্ব্বিকল্পঃ —চিৎ-রসনা অনিলোংদনা লুপ্তূনা লৈবনি। (৬৭৮) নিরঞ্জনঃ —মায়াগী মরি লৈতবনি। (৬৭৯) নিরাধারঃ —লৈফম লৈতবনি। (৬৮০) নিরাকারঃ —ধর্ম্মগী মখাপোনবা মওং লৈতবনি। (৬৮১) নিরাভাসোঃ —মশানা ভালবনি। (৬৮২) নিরাশ্রয়ঃ —কনাগীস্তু মহেং য়াওদনা ভক্তবু লানবিবনি, মতমপুম্বদা চংফম ওইবনি ॥৮৮॥

নামার্থস্মরণ।—(৬৮৩) পুরুষঃ —হকচাংপুম্বগী আত্মা ওইবনি। (৬৮৪) প্রণবাতীতঃ —প্রণবনা (ওঁকারনা) খংনবনি। (৬৮৫) মুকুন্দঃ —মুক্তি-ভক্তিবস পিনবনি। (৬৮৬) পরমেশ্বরঃ —পুম্নমক্কী ঈশ্বরনি। (৬৮৭) ক্ষণাবণিঃ —কর্ম্ম থাদোকপ্রবা পরমহংসশিংবু রক্ষা তৌবনি, ধর্ম্ম মকলকপা মতাংদা ফাওরকপনি। (৬৮৮) সার্ব্বভৌমঃ —ভূমিপুম্বগী ঈশ্বরনি-মপুনি, ভূমণ্ডল পুম্নমক্কা খংনরিবনি। (৬৮৯) বৈকুণ্ঠঃ —অরেপ্পা জ্ঞান লৈবনি—মাংত্রবা লোকতা লৈবনি। (৬৯০) ভক্ত বৎসলঃ — ভক্তবু মচাগুম্না মুংশিবিবনি ॥৮৯॥

বিষ্ণুর্দামোদরঃ কৃষ্ণো মাধবো মথুরাপতিঃ।
দেবকীগর্ভসম্ভূতো যশোদাবৎসলো হরিঃ ॥৯০॥
শিবঃ সঙ্কর্ষণঃ সম্ভুর্ভূতনাথো দিবস্পতিঃ।
অব্যয়ঃ সর্ব্বধর্ম্মজ্ঞো নির্ম্মলো নিরুপদ্রবঃ ॥৯১॥

---

নামার্থস্মরণ।—(৬৯১) বিষ্ণুঃ —লৈমাই-নোংদোন শিনবা মঙাগ্নি। (৬৯২) দামোদরঃ —যশোদানা থৌরীনা পুংবনি। (৬৯৩) কৃষ্ণঃ —ভক্তগী প্রেমগী থৌরীনা চিংবনি, যশোদাগী য়োকচবী (ধাত্রী) না অঙাং ওইরিঙৈদা য়াংকোক্তা হাপ্তুনা চিংবনি, মুরৈনবা কুহ্না মুরৈনরবা-মমৈনরবা উমংদা রাধাগা বিহার তৌবনি। (৬৯৪) মাধবঃ —রাধাগী বিস্তাগী মপুনি। (৬৯৫) মথুরাপতিঃ —মথুরাপুরীগী মপুনি। (৬৯৬) দেবকীগর্ভসম্ভূতঃ —দেবকীগী গর্ভদা পোকপনি। (৬৯৭) যশোদাবৎসলঃ —যশোদাদা মমাগুম্না প্রেম লৈবনি। (৬৯৮) হরিঃ —ভক্তশিংদা প্রাসাদি পিবিবনি, মাহুদা তাইবংপান লোইনা লুপলিবনি, প্রলয়দা লোইনা লৌশিনবনি ॥৯০॥

নামার্থস্মরণ।— (৬৯৯) শিবঃ —মাবু নিংজবনা মঙ্গল ওইবনি (৭০০) সংকষণঃ —কংসবু কিহ্না চেল্লুরবশিংবু পুশিনবিবনি। (৭০১) শম্ভুঃ —ভক্তশিংবু মুঙাইহনবনি। (৭০২) ভূতনাথঃ —প্রাণি পুম্বগী স্বামীনি, ঘন্টাকর্ণ—ভূতনা প্রার্থনা তৌজবনি। পঞ্চতত্ত্ব (ভূতপঞ্চ) গী নিয়ামকনি। (৭০৩) দিবস্পতিঃ —স্বর্গবু ঙাকপিবনি। (৭০৪) অব্যয়ঃ —ময়েং তাবা-অওলবা লৈতবনি। (৭০৫) সর্ব্বধর্ম্মজ্ঞঃ —ধর্ম্ম-মথল লোইনা খংবনি। (৭০৬) নির্ম্মলঃ —য়াম্না

নির্ব্বাণনায়কো নিত্যো নীলজীমূতসন্নিভঃ।
কলাক্ষয়শ্চ সর্ব্বজ্ঞঃ কমলারূপতৎপরঃ ॥৯২॥
হৃষীকেশঃ পীতবাসা বসুদেবপ্রিয়াত্মজঃ
নন্দগোপকুমারার্য্যো নবনীতাশনঃ প্রভুঃ ॥৯৩॥
পুরাণপুরুষঃ শ্রেষ্ঠঃ শঙ্খপাণিঃ সুবিক্রমঃ।
অনিরুদ্ধশ্চক্ররথঃ শার্ঙ্গপাণিশ্চতুর্ভুজঃ ॥৯৪॥

---

লূবনি—অযোৎপা পক্তবনি। (৭০৭) নিরুপদ্রবঃ —হম্বা লমচৎ-শাজৎ লৈত্তবনি, ভক্তগী উপদ্রবনি ॥৯১॥

নামার্থস্মরণ।—(৭০৮) নির্ব্বাণায়কঃ —মোক্ষগী স্বামীনি। (৭০৯) নিত্যঃ —অরেপ্পা মশকনি। (৭১০) নীলজীমূতসন্নিভঃ —নোংগুম্না মূরৈনবনি। (৭১১) কলাক্ষয়ং—মাংত্রবা কলা পুম্বগী ভুংনফম্নি। (৭১২) সর্ব্বজ্ঞঃ —উপাসনানা লোইনা খংবনি, কাল অহুমদা লৈরিবা থোক্লিবা পুম্বা লোইনা খংবনি। (৭১৩) কমলারূপতৎপরঃ —শ্রীরূপতা কমলা লক্ষ্মীগী পুক্লিং চংবনি ॥৯২॥

নামার্থস্মরণ।—(৭১৪) হৃষীকেশঃ —ইন্দ্রিয়শিংগী নিয়ামকনি। (৭১৫) পীতবাসঃ —সনা ফিগে থোনবনি। (৭১৬) বসুদেবপ্রিয়াত্মজঃ —বসুদেবগী মুংশিজবা মচানি। (৭১৭) নন্দগোপকুমারার্য্যঃ —নন্দ গোপগী মচা অথোইবনি। (৭১৮) নবনীতাশনঃ —অনৌবা মাথোন চাবনি। (৭১৯) প্রভুঃ—রাসলীলাদা মূর্ত্তিময়াম পুথোকপনি ॥৯৩॥

নামার্থস্মরণ।—(৭২০) পুরাণপুরুষঃ —অহানবা পুরুষনি। (৭২১) শ্রেষ্ঠঃ —থোইনা ফবনি। (৭২২) শঙ্খপাণিঃ —পাঞ্চজন্য মোইবুং পাইবনি। (৭২৩) সুবিক্রমঃ —অকনবা থৌনা লৈবনি। (৭২৪)

গদাধরঃ সুরার্ত্তিঘ্নো গোবিন্দো নন্দকায়ুধঃ।
বৃন্দাবনচরঃ শৌরির্বেণুবাদ্যবিশারদঃ ॥৯৫॥
তৃণাবর্ত্তান্তকোঽভীমসাহসো বহুবিক্রমঃ।
শকটাসুরসংহারী বকাসুরবিনাশনঃ ॥৯৬॥

---

অনিরুদ্ধঃ —কনা অমতনা ফাবা পুনবা ঙমদবনি। (৭২৫) চক্ররথঃ —চক্র মানবা রথদা ভোংবনি, কালচক্র-জগচ্চক্র-যুগচক্র অহুমগী মশক ওইবা দোলাই থৌবনি। (৭২৬) শার্ঙ্গপানিঃ —শার্ঙ্গ ধনু পাইবনি। (৭২৭) চতুর্ভুজঃ —পাম্বোম মরি পানবনি, সত্ত্ব-রজঃ-তমঃ অহংকার-মরিনা জগৎকী থবক পাংথোকপনি ॥৯৪॥

নামার্থস্মরণ।—(৭২৮) গদাধরঃ —ভক্তবু ঙাকপিনবগী গদা পাইবনি। (৭২৯) সুরার্ত্তিঘ্নঃ —দেবতাশিংগী অরাবা কোকপিবনি। (৭৩০) গোবিন্দঃ —সজ্জনশিংনা বেদগী বাণীদনা মশক খংগদবা ওইবনি। (৭৩১) নন্দকায়ুধঃ —জগৎকী সমৃদ্ধি—নিংথিনা চাও-খৎনবগী নন্দক—থাং পাইবনি। (৭৩২) বৃন্দাবনচরঃ — বৃন্দাসখীগী বনদা কোইবনি। (৭৩৩) শৌরিঃ —শূর কুলদা ফাওরকপনি। (৭৩৪) বেণুবাদ্যবিশারদঃ —বাঁশিথোংবা য়াম্না হৈবনি। ॥৯৫॥

নামার্থস্মরণ।—(৭৩৫) তৃণাবর্ত্তান্তকঃ —তৃণাবর্ত্তবু লোইশিনবনি। (৭৩৬) অভীমসাহসঃ —য়েক্নবা ফাওবদসু কাবক রারকপিরগা মুক্তিনচিংবা পিনবনি, ভীমসাহসঃ —হায়রবদি পাপীশিংদা অকীবা থৌনা উৎপনি। (৭৩৭) বহুবিক্রমঃ —মশিং নাইদ্রবা পাঙ্গল লৈবনি। (৭৩৮) শকটাসুরসংহারী—শকটাসুরবু হাৎপনি। (৭৩৯) বকাসুরবিনাশনঃ —বকাসুরবু মাংহনবনি ॥৯৬॥

ধেনুকাসুরসংহারী পুতনারির্নৃকেশরী।
পিতামহো গুরুঃ সাক্ষী প্রত্যগত্মা সদাশিবঃ ॥৯৭॥
অপ্রমেয়ঃ প্রভুঃ প্রাজ্ঞোঽপ্রতর্ক্যঃ স্বপ্নবর্দ্ধনঃ।
ধান্যো মান্যো ভবোভাবো ধীরঃ শান্তোজগৎগুরুঃ ॥৯৮॥

---

নামার্থস্মরণ।— (৭৪০) ধেনুকাসুরসংহারী — ধেনুকাসুরবু হাৎপনি। (৭৪১) পুতনারিঃ—রাক্ষসীগী য়েক্লবনি। (৭৪২) নৃকেশরী —মী অথোইবনি-নরসিংহনি। (৭৪৩) পিতামহঃ —পিতৃলোকতা পিতৃশিংনা অমদি অর্য্যমানচিংবা পিতৃদেবশিংনা পূজা তৌবি-বনি। (৭৪৪) গুরুঃ — বেদনচিংবগী উপদেশ তৌবিবনি, অজ্ঞানগী অমম্বা মাংহনবনি। (৭৪৫) সাক্ষী—যৎ গাড়ী লোইবা গোপগা লৈমিন্নবনি, পুন্নমক শংশংনা উবনি। (৭৪৬) প্রত্যগাত্মা: —হকচাং খুদিংদা লৈবা আত্মানি। (৭৪৭) সদাশিবঃ —মতম পুম্বদা মঙ্গলগী মশক্তি ॥৯৭॥

নামার্থস্মরণ।—(৭৪৮) অপ্রমেয়ঃ —প্রমাণ অমতনা অরেপ্পা খংবা ঙমদবনি। (৪৪৯) প্রভুঃ —থবক খুদিংমক্তা হেন্না হেন্না পাংথোকপা ঙম্বনি। (৭৫০) প্রাজ্ঞঃ —আজ্ঞা—শ্রুতিস্মৃতি মশক ওইবা য়াথং ইন্দবা য়াদবনি। (৭৫১) অপ্রতর্ক্যঃ —তর্ক কংয়েৎনা মশক খংবা ঙমদবনি। (৭৫২) স্বপ্নবর্দ্ধনঃ —মংদা (মথল কয়াগী কৃপা পিবিদুনা) ভক্তবু চাওখৎহনবনি, মথক-মথক্কী লীলা মংদা উহনবিদুনা বীনা সখীশিংগী নব-নবরাগ হেন্‌হলবনি। (৭৫৩) ধান্যঃ — লনথুম মপৈ মপৈ লৈবনি। (৭৫৪) মান্যঃ —ব্রহ্মানচিংবনা ইকাই খুম্নবা পূজা তৌনবনি। (৭৫৫) ভবঃ —জগৎকী কারণ ওইবনি, লাই পুম্নমকপু

অন্তর্য্যামীশ্বরো দিব্যো দৈবজ্ঞো দেবসংস্তুতঃ।
ক্ষীরাব্ধিশয়নো ধাতা লক্ষ্মীবাঁল্লক্ষ্মণাগ্রজঃ ॥৯৯॥
ধাত্রীপতিরমেয়াত্মা চন্দ্রশেখরপূজিতঃ।
লোকসাক্ষী জগচ্চক্ষুঃ পুণ্যচারিত্রকীর্ত্তনঃ ॥১০০॥

---

থুরুম্বনা ইবুংঙোবু থুরুম্বা ওইবনি। (৭৫৬) ভাবঃ —সত্তারূপনি লৈবা মশক্তি, মহাক্কী শক্তিনা পুদুম্বা লৈবদগী থোৱানমৈচাক-শিংনা লৈমাইদা ভারকতবনি। (৭৫৭) ধীরঃ —(ধর্ম্ম) গুণ লৈবনি, স্বচ্ছন্দনি-মনীংতম্বনি। (৭৫৮) শান্তঃ —শান্তি লৈবনি-খাংবা ফৌনশানি। (৭৫৯) জগৎগুরুঃ —জগৎকী শিক্ষক ওজানি ॥৯৮॥

নামার্থস্মরণ।— (৭৬০) অন্তর্য্যামীশ্বরঃ —জীব পুম্নগী মুংদা রায়েল্লিবা ঈশ্বরনি। (৭৬১) দিব্যঃ —মক্তবনি, দিব্যা-শ্রুতিচরী গোপীনা নাক্তা লৈবনি। (৭৬২) দৈবজ্ঞঃ —হৌখিবা মপোক কয়াগী জীবগী পাপ-পুণ্য খংবনি। (৭৬৩) দেবসংস্তুতঃ —দেবশিংনা থোইদোক্লা স্তুতি তৌবনি। (৭৬৪) ক্ষীরাব্ধিশয়নঃ —ক্ষীর সমুদ্রদা হিপ্লিবনি। (৭৬৫) ধাতা —ঐগী ভক্ত মাংলোই রাশকপনি। (৭৬৬) লক্ষ্মীবান্—লক্ষ্মীনা থোগনবনি। (৭৬৭) লক্ষ্মণাগ্রজঃ —লক্ষ্মণগী ময়াম্বুং শ্রীরাম ওইবনি ॥৯৯॥

নামার্থস্মরণ।— (৭৬৮) ধাত্রীপতিঃ —হৈক্রু থাবনি-ম্লোকপনি, পৃথিবীগী মপুনি, ধাত্রী—যূথেশ্বরী সখীগী মপুনি। (৭৬৯) অমেয়াত্মা — শ্রীমূর্ত্তিগী পরিমাণ চাং অম্তুক্তি লেপ্পা-খংবা ঙমদবনি। (৭৭০) চন্দ্রশেখরপূজিতঃ —মহাদেবনা পূজা তৌবনি। (৭৭১) লোকসাক্ষী — লোকপুম্নবু খংবনি। (৭৭২) জগচ্চক্ষুঃ - জগৎপু ঙালহনরনি।

কোটিমন্মথসৌন্দর্য্যো জগন্মোহনবিগ্রহঃ।
মন্দস্মিততনো গোপো গোপকাপরিবেষ্টিতঃ ॥১০১॥
ফুল্লারবিন্দনয়নশ্চাণুরান্ধ্রনিষুদনঃ।
ইন্দীবরদলশ্যামো বর্হিবর্হাবতংসকঃ ॥১০২॥
মুরলীনিনদাহ্লাদো দিব্যমাল্যাম্বরাবৃতঃ।
সুকপোলযুগঃ সুভ্রূযুগলঃ সুললাটকঃ ॥১০৩॥

---

(৭৭৩) পুণ্যচারিত্রকীর্ত্তনঃ —পুণ্য-পোক্রবা মহাকী চরিত্রকীর্ত্তন -চৎলম-তৌরম্বা শোম্নবনি ॥১০০॥

নামার্থস্মরণ।—(৭৭৪) কোটিমন্মথসৌন্দর্য্যঃ —কন্দর্প-কোটি-দগী হেন্না নিংথিজবনি, কামকোটিগা মান্নবী-সুন্দরী-প্রিয়সখী-শিংনা থৌগন তৌরিবনি। (৭৭৫) জগন্মোহনবিগ্রহঃ —জগৎকী পূক্নিং-শুমহৎপা চিংশিনবা শক্তম্নি। (৭৭৬) মন্দস্মিততনঃ —মোমোন নোকপনা ভক্তগী থম্মোয় শাংহনবনি। (৭৭৭) গোপ-জীবশিংনা গোপী-প্রকৃতিনা কোইনা কোল্লিবনি ॥১০১॥

নামার্থস্মরণ।—(৭৭৮) ফুল্লারবিন্দনয়নঃ —শাৎলবা থম্বাল মানবা মিৎনি। (৭৭৯) চাণুরান্ধ্রনিষুদনঃ —চাণুর অমসুং অন্ধ্র দেশগী মুষ্টিক-মল্ল অনিবু সুদৎপনি। (৭৮০) ইন্দীবরদলশ্যামঃ —থম্বাল অশংবগী মঙানশুম্না শংবাননবা কুচুনি। (৭৮১) বর্হিবর্হাব-তংসকঃ —বাহোংগী চূড়ানা কোকী লৈতেং ওইবনি ॥১০২॥

নামার্থস্মরণ।—(৭৮২) মুরলীনিনদাহ্লাদঃ —মুরলীগী থোং-থাংদা হরাওবনি। (মুরলী—মুখরন্ধ্র মচিন হৎপা খুন্থপ অনিরোম

**কম্বুগ্রীবো বিশালাক্ষো লক্ষ্মীবান শুভলক্ষণঃ
পীনবক্ষা চতুর্বাহুঃ চতুর্মূর্ত্তিস্ত্রিবিক্রমঃ ॥১০৪॥
কলঙ্করহিতঃ শুদ্ধো দুষ্টশত্রুনিবর্হণঃ
কিরীটকুণ্ডলধরঃ কটকাঙ্গদমণ্ডিতঃ ॥১০৫॥**

---

শাংবা, স্বরগী ছিদ্র-মরি য়াওবা—খোংনবা যন্ত্রনি)। (৭৮৩) দিব্যমাল্যাম্বরাবৃতঃ —মক্তুবা মালা অমসুং ফি খোন্‌বনি। (৭৮৪) সুকপোলযুগঃ —নিংথিজনা চাইরুং ভাবনি। (৭৮৫) সুভ্রূযুগলঃ —পিশুম ভারকপা ফজবনি। (৭৮৬) সুললাটকঃ —লাইবক ভাবা ফজবনি ॥১০৩॥

নামার্থস্মরণ। —(৭৮৭) কম্বুগ্রীবঃ —মোইবুংগুম ওকৃতা মরি অহুম লৈবনি। (৭৮৮) বিশালাক্ষঃ —ফল্লপ ভাবা মিৎনি। (৭৮৯) লক্ষ্মীবান্ —লক্ষ্মীগী চিহ্ন লৈবনি। (৭৯০) শুভলক্ষণঃ —অফবা লক্ষণ লৈবনি। (৭৯১] পীনবক্ষা—ফল্লপ-বাংলপ ভাবা থবাক্সি। [৭৯২] চতুর্বাহুঃ —বর্ণমরি আশ্রম মরিবু পুরিবনি। (৭৯৩) চতুর্মূর্ত্তিঃ —শরীরপুরুষ, ছন্দঃ পুরুষ, বেদপুরুষ, মহাপুরুষ মরিনা মহাকী মূর্ত্তি ওইবনি। (৭৯৪) ত্রিবিক্রমঃ —স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল-লোক অহুমদা খোংদাবনি, খোংনেৎপনি, গোকুলদা মথুরাদা দ্বারকাদা লীলা শান্নবনি ॥১০৪॥

নামার্থস্মরণ। (৭৯৫) কলঙ্করহিতঃ —অমোৎপা পক্তবনি। (৭৯৬) শুদ্ধঃ —অশেংবনি পাপ চংদবনি। (০৯৭) দুষ্টশত্রুনিবর্হণঃ —ফত্রবা য়েক্লবা মাংহনবনি। (৭৯৮) কিরীটকুণ্ডলধরঃ —কিরীট-কুণ্ডল খোগবনি। (৭৯৯) কটকাঙ্গদমণ্ডিতঃ —খুজি ভাল শিবনি ॥১০৫॥

মুদ্রিকাভরণোপেতঃ কটিসূত্রবিরাজিতঃ।
মঞ্জিররঞ্জিতপদঃ সর্ব্বাভরণভূষিতঃ ॥১০৬॥
বিন্যস্তপাদযুগলো দিব্যমঙ্গলবিগ্রহঃ।
গোপিকানয়নানন্দঃ পূর্ণচন্দ্রনিভাননঃ ॥১০৭।
সমস্তজগদানন্দঃ সুন্দরো লোকনন্দনঃ।
যমুনাতীরসঞ্চারী রাধামন্মথবৈভবঃ ॥১০৮॥

---

নামার্থস্মরণ। (৮০০) মুদ্রিকাভরণোপেতঃ —মুদ্রিকাভরণনা লৈতেংবনি। (৮০১) কটিসূত্রবিরাজিতঃ – কিঙ্কিনীনচিংবা য়াওবা কটিসূত্রনা ঙাল্লবনি—খ্বাংলি থাংবনি। (৮০২) মঞ্জিররঞ্জিতপদঃ — মঞ্জীর-মাভরণ চরণভূষণ-নূপুরনচিংবা ভুষণনা লৈতেংলবা চরণনি। (৮০৩) সর্ব্বাভরণভূষিতঃ— সর্ব্বাভরণ - শিরোমালা চান্দ্রি-কমালা মৌক্তিক মালা— পদকমালা-বৈকক্ষ-মালা মহেন্দ্রমণিমালা মোহন মালা অসিনচিংবা আভরণ পুম্বনা লৈতেংলিবনি ॥১০৬॥

নামার্থস্মরণ।— (৮০৪) বিন্যস্তপাদযুগলঃ – জগোই শাববা চরণ অনিনি, ভঙ্গি শাবা (কারণ চনবা) চরণনি, ভজনগীদমক্তা থম্বিরিবা চরণ অনিনি। (৮০৫) দিব্যমঙ্গলাবিগ্রহঃ —মক্তবা মঙ্গলগী মশক ওইবা হকচাংনি। (৮০৬) গোপিকানয়নানন্দঃ —ব্রজগোপীশিংগী মিৎ পেন্নবনি। (৮০৭) পূর্ণচন্দ্রনিভাননঃ — মপুং ফাবা থাজ মানবা মায়থোংনি ॥১০৭॥

নামার্থস্মরণ।—(৮০৮) সমস্তজগদানন্দঃ —জগৎ পুম্বগী মুঙাইবা মশক্তি। (৮০৯) সুন্দরঃ —শমলাং ফজবনি, পুক্কিং নোম্বনবনি। (৮১০) লোকনন্দনঃ —লোকপুম্বদা আনন্দ পিনবনি। (৮১১) যমুনাতীরসঞ্চারী—যমুনাগী তোর্বান্দা কোইনা চৎপনি।

গোপনারীপ্রিয়ো দান্তো গোপীবস্ত্রাপহারকঃ।
শৃঙ্গারমূর্ত্তিঃ শ্রীধামঃ তারকো মূলকারণম্ ॥১০৯॥
সৃষ্টিসংরক্ষণোপায়ঃ ক্রুরাসুরবিভঞ্জনঃ।
নরকাসুরসংহারী মুরারির্বৈরিমর্দ্দনঃ ॥১১০॥

---

(৮১২) রাধামন্মথবৈভবঃ —শ্রীরাধাগী কামসম্পৎ-প্রেমরসগী মশক ওইবা লন্ লৈবনি, রাধা—সেবা তৌজরিবা জীবশিংগী থম্মোয় নৈখায়রিবা, শেংদোকপিবা বৈভব-প্রকাশনি ॥১০৮॥

নামার্থস্মরণ।—(৮১৩) গোপনারীপ্রিয়ঃ —গোপনারীশিংগা নুংশিনবনি। (৮১৪) দান্তঃ —ইন্দ্রিয় খুদুম চনবনি। (৮১৫) গোপীবস্ত্রাপহারকঃ —গোপীগী ফি লোৎপনি, গোপীগী অজ্ঞান-বাসনা মাংহনবনি। (৮১৬) শৃঙ্গারমূর্ত্তিঃ —শৃঙ্গার রসগী মূর্ত্তিনি। (৮১৭) শ্রীধামঃ —ফজবা পুন্নমকী ভুংনফম্নি। (৮১৮) তারকঃ —প্রণব-ওঁকারনি, তারক-ক্লীঁকারনি। (৮১৯) মূলকারকঃ —জগৎকী আদিকারণ ওইবনি ॥১০৯॥

নামার্থস্মরণ।— (৮২০) সৃষ্টিসংরক্ষণোপায়ঃ — শেম্নবা জগৎপু নিংথিনা য়োক্লবা হোৎনবনি। (৮২১) ক্রুরাসুরবিভঞ্জনঃ —তমথীবা ফিংচাবশিংবু লোইনা নৈৎপনি। (৮২২) নরকাসুর-সংহারী—নরকাসুরবু সংহার তৌবনি। (৮২৩) মুরারিঃ —মুর-হিংচাবগী য়েক্লবনি। (৮২৪) বৈরিমর্দ্দনঃ —ভক্তশিংগী কাম-নচিংবা য়েরবা তরুক মাংহনবিবনি ॥১১০॥

আদিতেয়প্রিয়ো দৈত্যভীকরো যদুশেখরঃ ।
জরাসন্ধকুলধ্বংসী কংসারাতিঃ সুবিক্রমঃ ॥ ১১১ ॥
পুণ্যশ্লোকঃ কীর্তনীয়ো যাদবেন্দ্রো জগন্নুতঃ ।
রুক্মিণীরমণঃ সত্যভামাজাম্ববতীপ্রিয়ঃ ॥ ১১২ ॥
মিত্রবিন্দানাগ্নজিতী লক্ষ্মণাসমুপাশ্রিতঃ ।
সুধাকরকুলেজাতোঽনন্ত প্রবলবিক্রমঃ ॥ ১১৩ ॥

---

নামার্থস্মরণ ।— (৮২৫) আদিতেয়প্রিয়ঃ —অদিতিগী মচা লাইশিংবু নুংশিবিবনি । (৮২৬) দৈত্যভীকরঃ – দিতিগী মচা হিংচাববু কীহনবনি । (৮২৭) যদুশেখরঃ —যদুবংশগী অখোইবা মৈতেংনি । (৮২৮) জরাসন্ধকুলধ্বংসী জরাসন্ধগী হশা মাংহনবনি । (৮২৯) কংসারাতিঃ – কংসগী যেক্নবনি । (৮৩০) সুবিক্রমঃ —ফজনা মিংথিনা থোক থাংবনি ॥২১১॥

নামার্থস্মরণ ।— (৮৩১) পুণ্যশ্লোকঃ —পুণ্য পোক্লবা মিংচৎনি । (৮৩২) কীর্তনীয়ঃ — শকপা-শোনবা-স্তুতি তৌজবদা মতিক চাবনি । (৮৩৩) যাদবেন্দ্রঃ যাদবশিংগী স্বামীনি । (৮৩৪) জগন্নুতঃ —জগৎ পুম্বনা থুজম্মবনি । (৮৩৫) রুক্মিণীরমণঃ —রুক্মিণীগা রমণ তৌবনি । (৮৩৬) সত্যভামাজাম্ববতীপ্রিয়ঃ – সত্যভামাদা অমসুং জাম্ববতীদা প্রেম লৈবনি ॥১১২॥

নামার্থস্মরণ ।— (৮৩৭) মিত্রবিন্দানাগ্নজিতী লক্ষ্মণাসমুপাশ্রিতঃ — মিত্রবিন্দানা - নাগ্নজিতীনা - লক্ষ্মণনা মিংথিনা উপাসনা

সর্ব্বসৌভাগ্যসম্পন্নো দ্বারকাপত্তনাস্থিতঃ।
ভদ্রাসূর্য্যসুতানাথো লীলামানুষবিগ্রহঃ ॥ ১১৪ ॥
সহস্রষোড়শস্ত্রীশো ভোগমোক্ষৈকদায়কঃ।
বেদান্তবেদ্যঃ সম্বেদ্যোবৈদ্যোব্রহ্মাণ্ডনায়কঃ ॥১১৫ ॥
গোবর্দ্ধনধরো নাথঃ সর্ব্বজীবদয়াপরঃ।
মূর্তিমান্ সর্ব্বভূতাত্মা আর্ত্তত্রাণপরায়ণঃ ॥১১৬॥

---

তৌজবনি। (৮৩৮) সুধাকরকুলেজাতঃ - চন্দ্রবংশদা পোকপনি। (৮৩৯) অনন্তপ্রবলবিক্রমঃ - মপান নাইদনা পাঙ্গল কনরবি ॥১১৩॥

নামার্থস্মরণ।— (৮৪০) সর্ব্বসৌভাগ্যসম্পন্নঃ —য়াইফপুম্বনা ভিনবনি। (৮৪১) দ্বারকাপত্তনস্থিতঃ — দ্বারকা ক্বাবনি, নগরদা লৈবনি। (৮৪২) ভদ্রাসূর্য্যতানাথঃ —ভদ্রা অমসুং সূর্য্যসুতা -যমুনাগী মপুনি। (৮৪৩) লীলামনুষবিগ্রহঃ — লীলাগীদমক মীগী মশক লৌবিবনি ॥১১৪॥

নামার্থস্মরণ।— (৮৪৪) সহস্রযোড়শস্ত্রীশঃ — লৈমা লিশিং তরাতরুক্কী মপুনি, (নুপী লিশিং তরাতরুক লোনবনি)। (৮৪৫) ভোগমোক্ষৈকদায়কঃ - ভোগ-সংসারগী নুঙাই-য়াইফ পীনবনি, মোক্ষ মায়াগী অপুন্বা মাংহনবিবনি। (৮৪৬) বেদান্তবেদ্যঃ —বেদগী উপনিষদকী শরুক্তা খংনবনি। (৮৪৭) সম্বেদ্যঃ — খঙকম থোকপনি। (৮৪৮) বৈদ্যঃ — লায়য়েংবা মাইবনি, চন্দ্রাবলী নাবদা মাইবা শাবনি। (৮৪৯) ব্রহ্মাণ্ডনায়কঃ — ব্রহ্মাণ্ডগী মেঙানি ॥১১৫॥

নামার্থস্মরণ।— (৮৫০) গোবর্দ্ধনধরঃ — গোবর্দ্ধন পর্ব্বত থাংগৎপনি। (৮৫১) নাথঃ —ভক্তি লৈত্তবশিংবা অরাবা শিবনি।

সর্ব্বজ্ঞঃ সর্ব্বসুলভঃ সর্ব্বশাস্ত্রবিশারদঃ।
ষড়্‌গুণৈশ্বর্য্যসম্পন্নঃ পূর্ণকামো ধুরন্ধরঃ ॥১১৭॥
মহানুভাবঃ কৈবল্যদায়কো লোকনায়কঃ।
আদিমধ্যান্তরহিতঃ শুদ্ধসাত্বিকবিগ্রহঃ ॥১১৮॥

---

(৮৫২) সর্ব্বজীবদয়াপরঃ —জীব পুম্নমকপু মুংশিবিবনি। (৮৫৩) মূর্ত্তিমান্—মশক্ নাইবনি; অর্চ্চামূর্ত্তি-(প্রতিমা) ওইবনি। (৮৫৪) সর্ব্বভূতাত্মা—প্রাণিপুম্বগী আত্মানি। (৮৫৫) আর্ত্তত্রাণপরায়ণঃ — রারবশিংবু কন্‌বিবদা পুক্লিং চংবনি ॥১১৬॥

নামার্থস্মরণ।—(৮৫৬) সর্ব্বজ্ঞঃ—বশিষ্ঠ ব্যাসনচিংবা 'ওইদুনা জীবদা বেদ তম্বিবনি। (৮৫৭) সর্ব্বসুলভঃ—পুম্নমক্কী অশেংবা মশক্-(আত্মা) ওইবনা অমসুং পুম্নমক্কী অশেংবা মরি (সম্বন্ধ) লৈবনা য়াম্না লাইনা ফংবা য়াবনি। (৮৫৮) সর্ব্বশাস্ত্রবিশারদঃ—শাস্ত্রপুম্বা হৈরবা পণ্ডিতনি। (৮৫৯) ষড়্‌গুণৈশ্বর্য্যসম্পন্নঃ—গুণ তরুক্—সন্ধি-বিগ্রহ-যান-আসন-দ্বৈধ-আশ্রয়, অমসুং ঐশ্বর্য্য অসিনা তিন্‌বনি। (৮৬০) পূর্ণকামঃ— অপাম্বা পুম্বা মপুং ফানা থুংবনি। (৮৬১) ধুরন্ধরঃ—অরুম্বা পুবনি-প্রজাগী ভার পুরিবশিংদা ধারণা-শক্তি-পুবা ওম্বা পাঙ্গল পিবিবনি ॥১১৭॥

নামার্থস্মরণ।—(৮৬২) মহানুভাবঃ—অথোইবা মতিক্ মগুণ লৈবনি। (৮৬৩) কৈবল্যদায়কঃ—মোক্ষ পিবনি,—কেবল ভাব-অমত্তা ওইবা অনিগুদবা মতোদু ফোংদোকৃপিবনি। (৮৬৪) লোকনায়কঃ—লোকপুম্বগী নেতানি। (৮৬৫) আদিমধ্যান্তরহিতঃ

**অসমানঃ সমস্তাত্মা শরণাগতবৎসলঃ।**
**উৎপত্তিস্থিতিসংহারকারণং সর্ব্বকারণম্ ॥১১৯॥**
**গম্ভীরঃ সর্ব্বভাবজ্ঞঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।**
**বিষ্বক্সেনঃ সত্যসন্ধঃ সত্যবাক্সত্যবিক্রমঃ ॥১২০॥**
**সত্যব্রতঃ সত্যরতঃ সত্যধর্ম্মপরায়ণঃ।**
**আপন্নার্ত্তিপ্রশমনো দ্রৌপদীমানরক্ষকঃ ॥১২১॥**

---

- হৌবা-লোম্বা-ময়াই-লৈতবনি। (৮৬৬) শুদ্ধসাত্বিকবিগ্রহঃ — শুদ্ধসত্বনা হকচাং ওইবনি ॥১১৮॥

নামার্থস্মরণ।-(৮৬৭) অসমানঃ —মান্নবা অমা লৈবনি। (৮৬৮) সমস্তাত্মা — অচৎ-চত্তবা পুম্নমক্কী অরেপ্পা মশক্নি। (৮৬৯) শরণাগতবৎশলঃ —চংজরক্লবশিংবু চান্বনি। (৮৭০) উৎপত্তি-স্থিতিসংহারকারণম্ — মতম মতমদা জগৎপু শেম্বা, ঙাকপা লোশিন্বা তৌবনি। (৮৭১) সর্ব্বকারণম্ —জগৎকী কারণ পুম্নগী কারণনি ॥১১৯॥

নামার্থস্মরণ।—(৮৭২) গম্ভীরঃ — চিঙ্লেম্বনি—ব্রহ্মানচিংব-নসু মঙৌ য়োনা খংদবনি। (৮৭৩) সর্ব্বভাবজ্ঞঃ—জীব পুম্নগী ভাব খংবনি। (৮৭৪) সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ — সচ্চিদানন্দগী মূর্ত্তিনি। (৮৭৫) বিষ্বক্সেনঃ — মায়কৈ পুম্নদা চৎপনি। (৮৭৬) সত্যসন্ধঃ — অরেপ্পা য়াশক্ ওইবনি। (৮৭৭) সত্যবাগ — সত্যবাদী ওইবনি। (৮৭৮) সত্যবিক্রমঃ—ময়েং ভাবা লৈতবা অকন্বনি ॥১২০॥

নামার্থস্মরণ।—(৮৭৯) সত্যব্রতঃ —সত্যনা ব্রত ওইবনি। (৮৮০) সত্যরতঃ—অচুম্বা পাম্বনি। (৮৮১) সত্যধর্ম্মপরায়ণঃ —

কন্দর্পজনকঃ প্রাজ্ঞো জগন্নাটকবৈভবঃ।
ভক্তবশ্যো গুণাতীতঃ সর্ব্বৈশ্বর্য্যপ্রদায়কঃ ॥১২২॥
দমঘোষসুতদ্বেষী বানবাহুবিখণ্ডনঃ।
ভীষ্মভক্তিপ্রদো দিব্যঃ কৌরবান্বয়নাশনঃ ॥১২৩॥

---

অচুম্বা ঙাংবদা অমসুং ধর্ম্মদা ( বিধি মার্গদা ) পুক্লিং চংবনি। (৮৮২) আপন্নার্ত্তিপ্রশমনঃ —চংজরক্লবশিংগী অৱাবা কোকপিবনি। ( ৮৮৩ ) দ্রৌপদীমানরক্ষকঃ — দ্রৌপদীগী লজ্জা-মাল ঙাক-পিবনি ॥১২১॥

নামার্থস্মরণ।—(৮৮৪) কন্দর্পজনকঃ —নিংথিজবা রূপনা মুপীশিংগী কাম পোক্লবা ওইবনি। (৮৮৫) প্রজ্ঞঃ —মহাপণ্ডিতনি। (৮৮৬) জগন্নাটকবৈভবঃ —জগৎকী নাটক অভিনয়গী মশক ওইবা বৈভব প্রকাশ ওইবনি। (৮৮৭) ভক্তবশ্যঃ —ভক্তনা খুত্নম চন্‌বনি। (৮৮৮) গুণাতীতঃ —সত্বনচিংবা গুণ অহুমদগী তোঙানবনি। (৮৮৯) সর্ব্বৈশ্বর্য্যপ্রদায়কঃ —ঐশ্বর্য্যপূম্বা পিনবনি ॥১২২॥

নামার্থস্মরণ।— (৮৯০) দমঘোষসুতদ্বেষী —শিশুপালগা য়েংথিনবনি। (৮৯১) বানবাহুবিখণ্ডনঃ —বানাসুরগী পাম্বোম ককথৎপনি। (৮৯২) ভীষ্মভক্তিপ্রদঃ —ভীষ্মদা ভক্তি পিবিবনি। (৮৯৩) দিব্যঃ —মক্তবা লীলা শান্নবনি, মশাগী মহিমা লেংদনা লৈবনি, ব্রজদা ভক্তগী হৃদিদা শান্নরিবনি। (৮৯৪) কৌরবান্বয়নাশনঃ —কৌরব ধৃতরাষ্ট্রগী বংশ মাংহনবনি ॥১২৩॥

কৌন্তেয়প্রিয়বন্ধুশ্চ পার্থস্যন্দনসারথিঃ।
নারসিংহো মহাবীরঃ স্তম্ভজাতো মহাবলঃ ॥১২৪॥
প্রহ্লাদবরদঃ সত্যো দেবপূজ্যোঽভয়ঙ্করঃ।
উপেন্দ্র ইন্দ্রাবরজঃ বামনো বলিবন্ধনঃ ॥১২৫॥

---

নামার্থস্মরণ।—(৮৯৫) কৌন্তেয়প্রিয়বন্ধুঃ—কুন্তীগী মচাশিংগী প্রিয়বন্ধুনি। (৮৯৬) পার্থস্যন্দনসারথিঃ—অর্জ্জুনগী দোলাই থোৌবনি। (৮৯৭) নারসিংহঃ - নরসিংহ অবতার ওইবনি। (৮৯৮) মহাবীরঃ—য়াম্না কল্লবা মনাই ভক্ত লৈবনি। (৮৯৯) স্তম্ভজাতঃ—য়ুম্বীদগী পোকপনি, স্তম্ভ-সাত্ত্বিক গুণদা ফাওরকপনি। (৯০০) মহাবলঃ — বলদেববু মন্নাপা ওইনা ইকাই খুম্নবনি ॥১২৪॥

নামার্থস্মরণ।— (৯০১) প্রহ্লাদবরদঃ— প্রহ্লাদদা বর পিবনি। (৯০২) সত্যঃ—সৎ-পুরুষশিংগী ফনবা ভৌবনি, অরেপ্পা মশক্তি। (৯০৩) দেবপূজ্যঃ—ব্রহ্মানচিংবা লাইনশ্নু লাৎলিবনি। (৯০৪) ভয়ঙ্করঃ - ভক্তশিংবু কিদবা পিনবনি। (৯০৫) উপেন্দ্রঃ—বামন ওইদুনা ইন্দ্রগী নাক্তা লৈবনি, ইন্দ্রনা সেবক ওইনা নাক্তা লৈবনি। (৯০৬) ইন্দ্রাবরজঃ—ইন্দ্রগী মনাও বামন অবতার ওইবনি। (৯০৭) বামনঃ—মরেপ নেম্বনি, মী পিকপনি, বামা-শিংনা ব্রজ গোপীশিংনা হৃদিদা থমজবনি। (৯০৮) বলিবন্ধনঃ—বলিবু পুনবনি-নমথবনি, ভক্তগী ত্যাগ সমর্পননা পুনবনি, বলিনা পুনবনি, (বলিগী ভক্তিনা য়ুম ঙাকপা সন্ত্রী ওইনা লৈবনি) ॥১২৫॥

গজেন্দ্রবরদঃ স্বামী সর্ব্বদেবনমস্কৃতঃ।
শেষপর্য্যঙ্কশয়নো বৈনতেয়রথোজয়ী ॥১২৬॥
অব্যাহতবলৈশ্বর্য্যঃ সম্পূর্ণঃ পূর্ণমানসঃ।
যোগেশ্বরেশ্বর সাক্ষী ক্ষেত্রজ্ঞো জ্ঞানদায়কঃ ॥১২৭॥
যোগিহৃৎ পঙ্কজাবাসো যোগমায়াসমন্বিতঃ।
নাদবিন্দুকলাতীতশ্চতুর্বর্গফলপ্রদঃ ॥১২৮॥

---

নামার্থস্মরণ।—(৯০৯) গজেন্দ্রবরদঃ —হরি ওইদুনা গজেন্দ্রদা বর পিনবনি। (৯১০) স্বামী— পূম্নমকসি ঐগীনি-য়াবনি। (৯১১) সর্ব্বদেবনমস্কৃতঃ —লাই পুম্বনা খুরুম্বনি। (৯১২) শেষপর্য্যঙ্কশয়নঃ —অনন্তশয্যাদা চেপ্পনি। (৯১৩) বেনতেয়রথঃ গরুড়গুম্না য়াংলবা দোলাই তোংবনি। (৯১৪) জয়ী – জয় ওইবা পিবনি, ভদ্রা-মহিষীগী মচা জয়না থোগনবনি ॥১২৬॥

নামার্থস্মরণ।— (৯১৫) অব্যাহতবলৈশ্বর্য্যঃ—নমথবা ঙমদবা পাঙ্গল-ঐশ্বর্য্য লৈবনি। (৯১৬ সম্পূর্ণঃ —চংখোম্না মপুংফাবনি। (৯১৭) পূর্ণমানসঃ —অপাম্বা পূম্বা থুংদুনা লৈবনি। (৯১৮) যোগেশ্বরেশ্বরঃ —যোগেশ্বর- শিবনচিংবগীসু ঈশ্বরনি। (৯১৯) সাক্ষী —গোপ-গোপীগা পাশখেলা শান্নবনি। (৯২০) ক্ষেত্রজ্ঞঃ —হকচাংসিবু থংবা আত্মানি। (৯২১) জ্ঞাননায়কঃ —অর্জুন উদ্ধবনচিংবদা তত্ত্বজ্ঞান পিনবনি ॥১২৭॥

নামার্থস্মরণ।— (৯২২) যোগিহৃৎপঙ্কজাবাসঃ — যোগিগী থম্মোয় থম্বালদা লৈবনি-ওইবনি। (৯২৩) যোগমায়াসমন্বিতঃ

সুষুম্নামার্গসঞ্চারী দেহস্থান্তরসংস্থিতঃ।
দেহেন্দ্রিয়মনঃ প্রাণসাক্ষী চেতঃপ্রসাদকঃ ॥১২৯॥
সূক্ষ্মঃ সর্ব্বগতো দেহী জ্ঞানদর্পণগোচরঃ।
তত্ত্বত্রয়াত্মকোঽব্যক্তঃ কুণ্ডলীসমুপাশ্রিতঃ ॥১৩০॥

---

—যোগমায়া অচিন্ত শক্তিগা লোইনবনি। (৯২৪) নাদবিন্দু-কলাতীতঃ—স্বর-অনুস্বার বিসর্গ কলামাত্রা অহুমসিনা শিন-থুংলিবা ময়েক পুম্নগী রাংমদা লৈবনি। (৯২৫) চতুর্বর্গফলপ্রদঃ—ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ মহৈ পিনবনি ॥১২৮॥

নামার্থস্মরণ।—(৯২৬) সুষুম্নামার্গসঞ্চারী—সুষুম্না নাড়ীগী লম্বিদা চৎপনি। (৯২৭) দেহস্থান্তরসংস্থিতঃ—হকচাং পুম্নদা লৈবনি। (৯২৮) দেহেন্দ্রিয়মনঃ প্রাণসাক্ষিঃ—দেহ ইন্দ্রিয় মনং-প্রাণি পুম্নমকসিগী সাক্ষী ওইবনি। (৯২৯) চেতঃপ্রসাদকঃ—ভক্তগী চিত্ত নুংহনবনি ॥১২৯॥

নামার্থস্মরণ।—(৯৩০) সূক্ষ্মঃ—যমুনা মপান্দা গোপীগী অথুপ্পা ভাব ফোংদোকপনি, অণুদগীসু হেন্না কুপ্পনি। (৯৩১) সর্ব্বগতঃ—ভক্তশিংগীদমক চৎপনি, পুম্নমক শিনবনি। (৯৩২) দেহী-সাকারনি, মূর্ত্ত-অমূর্ত্ত পৃথিবীনা হকচাং ওইবনি, অদেহী ওইরবদি নিরাকারনি। (৯৩৩) জ্ঞানদর্পণগোচরঃ—জ্ঞানগী মিংশেল্লা উৎপনি। (৯৩৪) তত্ত্বত্রয়াত্মকঃ—জীব, ঈশ্বর, মায়া অহুমগী মশক্তি। (৯৩৫) অব্যক্তঃ—রাহৈ অমনা ফোংদোক্তবনি। (৯৩৬) কুণ্ডলীসমুপাশ্রিতঃ—কৃপাধারদা থম্বাল মানবা কুণ্ডলীগী নাড়ীদা জীব ওইদুনা লৈবনি ॥১৩০॥

ব্রহ্মণ্যঃ সর্ব্বধর্ম্মজ্ঞঃ শান্তো দান্তো গতক্লমঃ।
শ্রীনিবাসঃ সদানন্দো বিশ্বমূর্ত্তির্মহাপ্রভুঃ ॥১৩১॥
সহস্রশীর্ষা পুরুষঃ সহস্রাক্ষঃ সহস্রপাৎ।
সমস্তভুবনাধারঃ সমস্তপ্রাণরক্ষকঃ ॥১৩২॥
সমস্তসর্ব্বভাবজ্ঞো গোপিকাপ্রাণবল্লভঃ।
নিত্যোৎসবো নিত্যসৌখ্যো নিত্যশ্রীর্নিত্যমঙ্গলঃ ॥১৩৩॥

---

নামার্থস্মরণ।—(৯৩৭) ব্রহ্মণ্যঃ—ব্রহ্মজীব-বেদ খংবনি, বর্ণ-আশ্রমগী ধর্ম্ম খংবনি, ব্রহ্মতপঃ মথল অমা খংবনি, ব্রাহ্মণশিংদা সাধু ভাব লৈবনি। (৯৩৮) সর্ব্বধর্ম্মজ্ঞঃ—মাগী মাগী ধর্ম্ম খংবা ওম্বনি। (৯৩৯) শান্তঃ—খাংবা কনবনি, অনায়েক লৈতবনি। (৯৪০) দান্তঃ—ইন্দ্রিয় দমন তৌবনি। (৯৪১) গতক্লমঃ—অরাবা নাইদবনি। (৯৪২) শ্রীনিবাসঃ—মঙাক্না লক্ষ্মীগী মঙাল নমহৎপনি। (৯৪৩) সদানন্দঃ—মহাক্কী কৃপাদগী সাধুশিংনা মতমপুম্বদা নুং-ঙাইবা ওইবনি। (৯৪৪) বিশ্বমূর্ত্তিঃ—বিশ্ব অসি মহাক্কী মূর্ত্তিনি। (৯৪৫) মহাপ্রভুঃ—পুম্নমক্কী মপু ওইবনি ॥১৩১॥

নামার্থস্মরণ।—(৯৪৬) সহস্রশীর্ষা—মশিং নাইদবা মহাক্কী কোকনি। (৯৪৭) পুরুষঃ—নিজবশিংগী অপাম্বা মথৈ থুংহনবনি, ক্ষেত্রজ্ঞ ওইদুনা হকচাং থুদিংদা লৈবনি। (৯৪৮) সহস্রাক্ষঃ—মিৎ ম্লাম্না পানবনি। (৯৪৯) সহস্রপাৎ—মশিং লাকঙমদ্রবা মহাক্কী শ্রীচরণনি। (৯৫০) সমস্তভুবনাধারঃ—মরোল পুম্বগী আধারনি, লৈকম্নি। (৯৫১) সমস্তপ্রাণরক্ষকঃ—জীব পুম্বগী থবাই য়োক্লি-বনি ॥১৩২॥

নামার্থস্মরণ।—(৯৫২) সমস্তঃ—পুম্নমক মহাক্নি। (৯৫৩)

ব্যূহার্চ্চিতো জগন্নাথঃ শ্রীবৈকুণ্ঠপুরাধিপঃ।
পূর্ণানন্দঘনীভূতো গোপবেষধরো হরি ॥১৩৪॥
কলাপ-কুসুমশ্যামঃ কোমলঃ শান্তবিগ্রহঃ।
গোপাঙ্গনাবৃতোঽনন্তো বৃন্দাবনসমাশ্রয়ঃ ॥১৩৫॥

---

সর্ব্বভাবজ্ঞঃ — মহাদেবনা ইবুংঙোগী ভাব খংবনি। (৯৫৪) গোপিকাপ্রাণবল্লভঃ — ব্রজগোপীশিংগী প্রাণ প্রিয়নি। (৯৫৫) নিত্যোৎসবঃ — হোলি, দোল, জলকেলি অসিনচিংবা লীলা মখল ভক্তনা শান্নবনি। (৯৫৬) নিত্যসৌখ্যঃ — পিতৃপালন, সখা, সখী-শিংগা বিহার অসিনচিংবনা মুংঙাইহুনতা লৈবনি। (৯৫৭) নিত্যশ্রীঃ — অহোংবা লৈতনা ফজবনি। (৯৫৮) নিত্যমঙ্গলঃ — মহাকী কৃপানা ব্রজবাসিশিংগী মঙ্গলতা ওইবনি ॥১৩৩॥

নামার্থস্মরণ।— (৯৫৯) ব্যূহর্চ্চিতঃ — অনিরুদ্ধনচিংবা ব্যূহ মরিনা অর্চ্চনা তৌবনি। (৯৬০) জগন্নাথঃ — জগৎকী মপুনি। (৯৬১) শ্রীবৈকুণ্ঠপুরাধিপঃ — বৈকুণ্ঠগী নিংথৌনি। (৯৬২) পূর্ণ-নন্দঘনীভূতঃ — পূর্ণানন্দঘন মূর্ত্তিনি। (৯৬৩) গোপবেষধরঃ — গোপবেষ থোনবনি। (৯৬৪) হরিঃ — জগৎসংহার তৌবনি, ভক্তগী অরাবা কোকপিবনি ॥১৩৪॥

নামার্থস্মরণ।—(৯৬৫) কলাপ-কুসুমশ্যামঃ — বাহোং মতুগী মমিংকী মচুগুম্বা কুচুনি। (৯৬৬) কোমলঃ — থোৎ নৌবনি। (৯৬৭) শান্তবিগ্রহঃ — শান্ত ভক্তশিংগী পুক্নিং হুবা শ্রীমূর্ত্তিনি। (৯৬৮) গোপাঙ্গনাবৃতঃ — গোপগী মুপীশিংনা কোইশিনবনি। (৯৬৯) অনন্তঃ — লোয়া যাংবা লৈতবনি। (৯৭০) বৃন্দাবনসমাশ্রয়ঃ — শ্রীবৃন্দাবন নিত্যবিহার তৌবনি ॥১৩৫॥

**বেণুবাদরতঃ শ্রেষ্ঠো দেবানাং হিতকারকঃ।**
**বালক্রীড়াসমাসক্তো নবনীতস্য তস্করঃ॥১৩৬॥**
**গোপালকামিনীজারশ্চৌরজারশিখামণিঃ।**
**পরংজ্যোতিঃ পরাকাশঃ পরাবাসঃ পরিস্ফুটঃ।১৩৭॥**

---

নামার্থস্মরণ।—(৯৭১) বেণুবাদরতঃ —বেণুগী মরিদা গোপী-শিংগা রারি শাবদা পুক্লিং চংবনি, বেণু বঁশি অসি ঐগী লৈলাগী শক্তি সাধননি, মুরলীহরণগী মতাংদা সখীশিংদা তাকবনি। (৯৭২) শ্রেষ্ঠঃ — শ্রীনন্দনচিংবনা মাগী অথোইবা ওইবনি। (৯৭৩) দেবনাংহিতকারকঃ—লাইশিংগী ফনবা তৌবনি। (৯৭৪) বাল-ক্রীড়াসমাসক্তঃ —অঙাংগী ওইবা শান্নবা পাম্বনি। (৯৭৫) নবনীতস্য-তস্করঃ—মাখোন হুরানবনি ॥১৩৬॥

নামার্থস্মরণ।— (৯৭৬) গোপালকামিনীজারঃ —গোপাল কামিনীশিংগী জার উপপতিনি, থুপ্পা নুংশিনবনি, গোপাল কামিনীশিংদা প্রেম পিনবনি, প্রেম হেলহনবনি, গোপাল কামিনী-শিংগী সংসার বাসনা মাংহনবনি, মিত্রনি। (৯৭৭) চৌরজার-শিরোমণিঃ —অওইবা অশেংবা মীওইশিংগী পুক্লিং হুবা অথোই-বনি, পুক্লিং শেংবিবা অথোইবনি, হুরানবশিংগী লোম্না নুপী ঙাংনবশিংগী চাকথেক্লবা মৈরীনি। (৯৭৮) পরংজ্যোতিঃ — অথোইবা মঙাল্লি, উপাসকশিংগী অপাম্বা থুংহনবা মঙাল্লি। (৯৭৯) পরাকাশঃ —পুন্নমক্তগী অথোইবা মঙুণ ফোংদোকপনি। (৯৮০) পরাবাসঃ —নিকুঞ্জগৃহনা অথোইবা লৈফম ওইবনি। (৯৮১) পরিস্ফুটঃ—ভক্তশিংগী মরক্তা শংশংনা ফাওরকপনি ॥১৩৭॥

অষ্টাদশাক্ষরোমন্ত্রব্যাপকো লোকপাবনঃ।
সপ্তকোটিমহামন্ত্র শেখরো দেবশেখরঃ ॥১৩৮॥
বিজ্ঞানজ্ঞানসন্ধানতেজোরাশির্জগৎপতিঃ।
ভক্তলোকপ্রসন্নাত্মা ভক্তমন্দারবিগ্রহঃ ॥১৩৯॥
ভক্তদারিদ্র্যদমনো ভক্তানাংপ্রীতিদায়কঃ।
ভক্তাধীনমনাঃপুজ্যো ভক্তলোকশিবঙ্করঃ ॥১৪০॥

---

নামার্থস্মরণ।—(৯৮২) অষ্টাদশক্ষরঃ—"শ্রীকৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজনবল্লভায় স্বাহা" মথেক ওরানিপালগী মন্ত্রনা মহাক্কী শ্রীমূর্ত্তি ওইবনি। (৯৮৩) মন্ত্রব্যাপকঃ—দেবতা ওইনা মন্ত্র পুম্বদা লৈবনি। (৯৮৪) লোকপাবনঃ—মন্ত্র মূর্ত্তিনা মী পুম্ববু শেংদোকপিবনি। (৯৮৫) সপ্তকোটিমহামন্ত্রশেখরঃ—মহামন্ত্র কোটিতরেৎকী মনুংদা অষ্টাদশাক্ষর শ্রীগোপালমন্ত্রনা অথোইবনি। (৯৮৬) দেবশেখরঃ – ব্রহ্মানচিংবা লাই পুম্নমক্কী মকোক্কি ॥১৩৮॥

নামার্থস্মরণ।–(৯৮৭) বিজ্ঞানজ্ঞানসন্ধানঃ—বিজ্ঞান অনুভব-মশক-জ্ঞান অমসুং শাস্ত্রগী জ্ঞান অনিসিদনা থিগদবাখংগদবনি। (৯৮৮) তেজোরাশিঃ – মঙালগী মপৈনি। (৯৮৯) জগৎপতিঃ —জগৎ ঙাক্লিবনি। (৯৯০) ভক্তলোকপ্রসন্নাত্মা—ভক্তবু পেনবিবা-নুংশিবিবনি। (৯৯১) ভক্তমন্দারবিগ্রহঃ—ভক্তগী কল্পবৃক্ষগুম্বা শ্রীমূর্ত্তিনি ॥১৩৯॥

নামার্থস্মরণ। (৯৯২) ভক্তদারিদ্র্যদমনঃ – সুদামানচিংবা ভক্তগী লাইরবা লাকশিনবনি। (৯৯৩) ভক্তানাংপ্রীতিদায়কঃ—ভক্তশিংদা অপেনবা প্রেম পিনবনি। (৯৯৪) ভক্তাধীনমনাঃপূজ্যঃ

ভক্তাভীষ্টপ্রদঃ সর্ব্বভক্তাঘৌঘনিকৃন্তনঃ।
অপারকরুণাসিন্ধুর্ভগবান্ ভক্ততৎপরঃ ॥১৪১॥

—ভক্তগী মথা পোল্লি-নিংবিবনি, ভক্তনা অর্চনা ভক্তি তৌফম থোকপনি। (৯৯৫) ভক্তলোকশিবঙ্করঃ – ভক্তশিংগী মঙ্গল পিনবনি ॥১৪০॥

নামার্থস্মরণ।— (৯৯৬) ভক্তাভীষ্টপ্রদঃ —উত্তমভাগবতশিংগী আত্মা কাওবা পিনবনি ফোংদোকপিবনি। (৯৯৭) সর্ব্বভক্তাঘৌঘ-নিকৃন্তনঃ—ভক্তশিংগী পাপ মপৈ মাংহনবনি। (৯৯৮) অপার-করুণাসিন্ধুঃ —লানবা ওমত্রবা করুণাগী সাগরনি। (৯৯৯) ভগবান্ —মোহন, উচ্চাটন, আকর্ষণ, বিসেষণ, স্তম্ভণ, বশীকরণ, ভগ তরুকসিনা তিনবনি, অণিমান্নচিংবা সিদ্ধি ঐশ্বর্য্যানা লৈতেংবনি। (১০০০) ভক্ততৎপরঃ —ইবুংঙো মঙোন্দদি ভক্তনা অথোইবা ওইবনি, ভক্তশিংগী মফমদদি শ্রীকৃষ্ণদনা অথোইবা ওইবনি ॥১৪১॥

ইতি নামার্থস্মরণ শ্রীকৃষ্ণগী ওইসনু।

## সহস্রনামজপফলম্

( সহস্রনাম থীবা-তাবা নীংশিংবগী মচৈ মহাদেবনা দেবীদা তাকপীরি )

ইতি শ্রীরাধিকানাথ সহস্রনাম কীর্ত্তিতং।
স্মরণাৎ পাপরাশীনাং খণ্ডনং মৃত্যুনাশনম্ ॥১॥
বৈষ্ণবানাং প্রিয়করং মহারোগ বিনাশনং।
ব্রহ্মহত্যা সুরাপানং পরস্ত্রীগমনস্তথা ॥২॥
পরদ্রব্যাপহরণং পরদ্রোহসমন্বিতং।
মানসং বাচিকং কায়ং যৎ পাপং পাপসম্ভবং ॥৩॥

---

অর্থ:—শ্রীরাধিকানাথগী সহস্রনাম অসুম্না হায়খ্রিবসিনি, হে দুর্গে! নামসিবু নিংশিংবনা পাপকী মপৈ মাংবনি, হন্না হন্না শিরোইদবনি ॥১॥

অর্থ:—বৈষ্ণবশিংগী অফবা অপাম্বা থুংবনি, মহারোগ অরুবা লায়না কোকপনি। বামোন হাৎপা, যু থকপা, মীগী মুপী ( মীগী নিপা ) য়েংলুবগী পাপ খুদক্তা কোকনি ॥২॥

অর্থ:—মীপোৎ হুবগী, জীবহিংসাগী, মীগী বাংনবা নিংবা পুক্লিংগী, মীসু থীনা হায়বা য়াহৈগী, মৈবা কুবা হকচাংগী, অতোপ্পা মথম অমগীসু পাপ কোকপনি ॥৩॥

সহস্রনাম পঠনাৎ সর্ব্বং নশ্যতি তৎক্ষণাৎ।
মহাদারিদ্র্যযুক্তোঽপি বৈষ্ণবো বিষ্ণুভক্তিমান্ ।৪॥
কার্ত্তিক্যাং সংপঠেৎ রাত্রৌ শতমষ্টোত্তরং ক্রমাৎ।
পীতাম্বরধরো ধীমান্ সুগন্ধৈঃ পুষ্পচন্দনৈঃ ।৫॥
পুস্তকং পূজয়িত্বা চ নৈবেদ্যাদিভিরেবচ।
রাধাধ্যানাঙ্কিতো ধীরো বনমালাবিভূষিতঃ ।৬।

---

অর্থ :—সহস্রনাম থীবদগী খুদক্তা পাপ পুম্বা কোকই, হায়গ্রে। য়াম্বা লাইরবা ওইরবসু বৈষ্ণব শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্র দীক্ষা ফংলবনা পাঠ তৌজরবদি শ্রীকৃষ্ণদা প্রেম ভক্তি পোকই, সকাম ওইবা লাইরবনা থিজরগা লল্লৈবা ওই ॥৪॥

অপাম্বা থুংনিংবশিংগী কাপ নিয়ম তাক্লি।

অর্থ :—মেরা থাগী দীপান্বিতা আমাবস্যাগী অহিংদা সন্ধ্যানচিংবা তৌরবা, ফিগে শেৎলবা-ইল্লবা, লৌশিং লৈরবা ভক্তনা মনম মুংশিবা লৈ-চন্দন নৈবদ্যনচিংবনা শ্রীগোপালপূজা, গোপালসহস্রনাম লাইরিক তৌরগা মন্ত্রন্যাম-ধ্যাননচিংবা গোপালসহস্র নাম পাঠগী ক্রম-কাইদনা ১০৮ লক পাঠ তৌগনি। দীপান্বিতা আমাবস্যাগী অহিংড্রুদা লোইবা ঙমদ্রবদি অহিংড্রুদগী হৌরগা পূর্নিমা কাওবদা মথং মথং লোইশিনগনি। নিয়মসি সকাম ভক্তগীনি, নিষ্কামশিংগীদি ভক্তনা থীগনি ॥৫॥

অর্থ :—অমসুং ধূপ-দীপ-গন্ধ-পুষ্প-নৈবেদ্য, পোৎলম মশানা সহস্রনাম লাইরিক পূজা তৌরগা, শ্রীরাধিকাগী ধ্যান তৌরবা,

শতসপ্তোত্তরং দেবী পঠেন্নামসহস্রকং ।
চৈত্রেশুক্লে চ কৃষ্ণে চ কুহূসংক্রান্তিবাসরে ॥৭॥
পঠিতব্যং প্রযত্নেন ত্রৈলোক্যং মোহয়েৎ ক্ষণাৎ ।
তুলসীমালয়া যুক্তো বৈষ্ণবো ভক্তিতৎপরঃ ॥৮॥
রবিবারে চ শুক্লে চ দ্বাদশ্যাং শ্রাদ্ধবাসরে ।
ব্রাহ্মণং পূজয়িত্বা চ ভোজয়িত্বা বিধানতঃ ॥৯॥
পঠেন্নামসহস্রং চ ততঃ সিদ্ধমবাপ্নুয়াৎ ।
মহানিশায়াং সততং বৈষ্ণবো যঃ পঠেৎ সদা ॥১০॥

---

বনমালানা লৈতেংলবা (নির্মাল্য মালা শিরবা) পুক্লিং চোইত্রবা পাঠকনা ॥৬॥

অর্থ:—নামসহস্র অসিবু চামনিপাল্লক থীগনি। অমুকস্নু মতম ( কাল ) অমা তাকপিরি। চৈত্র ( শজিবু ) গী শুক্লাদা, কৃষ্ণাদস্নু, আমাবস্যাদা, সংক্রান্তিদা থীগনি ॥৭॥

অর্থ:—শ্রীকৃষ্ণগী নির্মাল্য মালা শিরবা, শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিদা পুক্লিং-চংলবা শ্রীকৃষ্ণগী মন্ত্র দীক্ষা তৌরবা বৈষ্ণবনা চ্যেকশিন্না পাঠ তৌগনি, খুদক্তা লোক অহুমবু শুমহৎপনি—দুরাচারিনা সদাচরি ওইগনি ॥৮॥

অর্থ :—নোংমাইজিংদা, শুক্লপক্ষদা, দ্বাদশীদা, শ্রাদ্ধ মতমদা বিধান—কাইদনা ব্রাহ্মণবু পূজা তৌরগা ভোজন তৌহল্লগা নাম-সহস্রবু থীগনি, মাদুদগী সিদ্ধ ফংগনি। (অমদা) মহানিশাদা ( নোংয়াইদা ) বৈষ্ণব অদুনা মতমপুম্বদা তত্তনা থীগনি, মহাক্লা সিদ্ধ ফংগনি ॥৯-১০॥

দেশান্তরগতা লক্ষ্মীঃ সমায়াতি ন সংশয়ঃ।
ত্রৈলোক্যঞ্চ মহাদেব্যঃ সুন্দর্য্যঃ কামমোহিতাঃ ॥১১॥
মুগ্ধাঃ স্বয়ং সময়াস্তি বৈষ্ণবং তং ভজন্তিতাঃ।
রোগী রোগাৎ প্রমুচ্যেত বদ্ধো মুচ্যেত বন্ধনাৎ ॥১২॥
গুর্বিণী জনয়েৎ পুত্রং কন্যা বিন্দতি সংপতিম্।
রাজা চ বশ্যতাং যাতি কিং পুনঃ ক্ষুদ্রমানবঃ ॥১৩॥
সহস্রনাম শ্রবণাৎ পঠনাৎ পূজনাৎ প্রিয়ে।
ধারণাৎ সর্ব্বমাপ্নোতি বৈষ্ণবো নাত্রসংশয়ঃ ॥১৪॥

---

অর্থ :—অতোপ্পদা চৎপ্রবী লক্ষ্মীনা পাঠক অদুগী মনাক্তা লাকই, অসিদা চিংনরোই। মরোন অহুমদা লৈরবী মহাদেবী মাল্লবী-কামক্রীড়াদা হৈশিংলবী, য়াম্মা ফজরবী, কামনা শুঙ্কাংলবী, মবুক্লিং শেংলবী রমনীশিংনা মশানা লাক্কুনা বৈষ্ণবতুবু সেবা তৌরৈ। অনাবা বৈষ্ণবকী অনাবা কোকনি, রাজদণ্ডশুম্বা-অফা-অপুনবদগী নাম্মোকনি ॥১১-১২॥

অর্থ :—মীয়োনবী মুপীনা নাম অসিবু তাজয়গা মচানিপা পোকই, কন্যানা তাজরগা অকবা মপুরোইবা ফংই। নিংথৌমকপু থুক্কুম চল্লি, মতুদা অঁচম্বা মীবুদি কঁরি অমুক হায়রুনি ॥১৩॥

অর্থ :—হে প্রিয়ি! সহস্রনামবু তাজবদগী পূজা তৌজবদগী হকচাংদা ধারণ তৌজবদগী বৈষ্ণব অতুনা অপাম্বা পুম্বা লোইনা ফংই, অসিদা চিংনবা করিসু লৈতে॥১৪॥

বংশীবটে চান্যবটে তথা পিপ্পলকেঽথবা।
কদম্বপাদপতলে গোপালমূর্ত্তিসন্নিধৌ ॥১৫॥
যঃ পঠেদ্বৈষ্ণবো নিত্যং সংযাতি হরিমন্দিরম্।
কৃষ্ণেনোক্তং রাধিকায়ৈ ময়ং প্রোক্তং তথা শিবে ॥১৬॥
নারদায় ময়া প্রোক্তং নারদেন-প্রকাশিতম্।
ময়া তুভ্যং বরারোহে প্রোক্তমেতৎসুদুর্লভম্ ॥১৭॥
গোপনীয়ং প্রযত্নেন প্রকাশ্যং ন কথঞ্চন।
শঠায় পাপিনে চৈব লম্পটায় বিশেষতঃ ॥১৮॥

---

অর্থ:—নিষ্কাম ভক্তশিংগী মরিদা পাঠগীদমক দেশ-কাল নিয়ম লৈতে তৌইগুম্বসু়ং থোইদোকপা মহৈ পাম্বশিংগী মরিদা তাকপিরি—বৃন্দাবণগী বংশীবটতা, অমসুং অতোপ্পা বটকী মখোংদা অমদি মফম পুম্নমক্তা ফংবা সনাখোংনাং মখোংদা, অমদি কদম্ব-বৃক্ষগী মখোংদা অমসুং শ্রীগোপালদেব শ্রীমুর্ত্তিগী মাংদা ॥১৫॥

অর্থ:—তত্তনা পাঠ তৌজরবা বৈষ্ণবতুনা হরিমন্দির বৈকুণ্ঠন-চিংবা ধাম ফংই। হে শিবে! সহস্রনাম অসিবু শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধিকা-দা তাকপিখিবনি, শ্রীরাধিকানা শিব-ঐঙোন্দা তাকপিবনি ॥১৬॥

অর্থ:—শিব ঐনা নারদদা তাকপনি, নারদনা লোকপুম্বদা ফোংদোকখিবনি। হে বরারোহে! ফংঙমত্রবসি নঙোন্দা ঐনা তাকলবনি ॥১৭॥

অর্থ:—মাম্না লুনা থমগনি য়োকনি, করিগুম্বা লাক্লা ফোংদোকফদে। মীনম্বা মীদা পাপিদা, মুপীদা ওক্সা মীদা থোইদোক্লা ॥১৮॥

ন দাতব্যং ন দাতব্যং ন দাতব্যং কদাচ ন।
দেয়ং শান্তায় শিষ্যায় বিষ্ণুভক্তিরতায় চ ॥১৯॥
গোদানব্রহ্মযজ্ঞস্য বাজপেয় শতস্য চ।
অশ্বমেধসহস্রস্য ফলং পাঠে ভবেদ্রুমে ॥২০॥
মোহনং স্তম্ভনং চৈব মারণোচ্চটনাদিকম্।
যদ্‌যদ্ বাঞ্ছতি চিত্তেন তত্তৎ প্রাপ্নোতি বৈষ্ণবঃ ॥২১॥
একাদশ্যাং নরঃ স্নাত্বা সুগন্ধিদ্রব্যতিলকৈঃ।
আহারং ব্রাহ্মণে দত্বা দক্ষিণাং স্বর্ণভূষণম্ ॥২২॥

---

অর্থ:—করিগুম্বদসু পিকদে, পিকদে, পিকদে। শান্ত শয়গুণ চেন্নবা থাংবা কন্নবা শিষ্যদা পিগদবনি, অমসুং বিষ্ণুভক্তি লৈবদা পিগনি ॥১৯॥

অর্থ:—শাস্ত্রগী বিধান কাইদনা গোদান তৌবগী,—ব্রহ্মযজ্ঞ বেদ পূস্বা তম্বা তস্বিবগী মহৈ, বাজপেয় যজ্ঞ চামরক তৌবগী, অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং অমা তৌবগী পুণ্যফলদু হে উমে-দুর্গে! সহস্রনাম পাঠ তৌবদতা ফংবা ওস্মি ॥২০॥

অর্থ:—মোহন ভক্তিগী লম্বীদা অপনবা পিবশিংবু শুমহৎপা, স্তম্ভন—মনঃ—অসিবু রাগনচিংবনা লেংহন্দবা মারণ—ফত্তবা বুধি মাংহনবা, উচ্চাটন - কাম-ক্রোধনচিংবগী বাসনাবু মরূফংনা মুথৎপা, আদিপদনা বশীকরণ ভক্তিগী পাঙ্গলনা শ্রীকৃষ্ণবু খুদুম চনবা, আকর্ষণ ভাগবত ধর্ম্মতবু অতৎপা লৈতনা চিংশিনবা লৌশিনবা পুক্লিংনা পাম্বা পাম্বদু বৈষ্ণবনা ফংবা ওস্মি ॥২১॥

অর্থ:—একাদশী নুমিত্তা স্নান তৌরগা মনম মুংশিবা পোৎ

ভত আরম্ভকর্ত্তাস্য সর্ব্বং প্রাপ্নোতি বৈষ্ণবঃ।
শতাবর্ত্তং সহস্রং চযঃ পঠেদ্বৈষ্ণবো নঃ ॥২৩॥
শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রস্য প্রসাদাৎ সর্ব্বমাপ্নুয়াৎ।
যদ্গৃহে পুস্তকং দেবি পুজিতং চৈব তিষ্ঠতি ॥২৪॥
নমারী নচর্ত্তিভক্ষং নোপসর্গভয়ং ক্বচিৎ।
সর্পাদিভুতযক্ষাদ্যা নশ্যন্তি নাত্রসংশয়ঃ ॥২৫॥
শ্রীগোপালো মহাদেবি সত্তস্য গৃহে সদা।
যস্য গেহে সহস্রং চ নাম্নাং তিষ্টতি পুজিতম্ ॥২৬॥

---

লৈ-চন্দন থাওগা লোইননা অচাপোৎ অমস্তং সনানা লৈতেংলবা দক্ষিনা ব্রাহ্মণদা কৎলগা মতুগী মতুংদা সহস্রনাম অসিগী চাম্মরক লিশিংলক থিবা হৌরবা বৈষ্ণব অদুনা অপাম্বা পুন্নমক শ্রীগোপাল-দেবগী কৃপাদগী লোইনা ফংগনি ॥২২—২৩॥

অর্থ :—শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী কৃপাদগী ভক্তনা লোইনা ফংই হায়ৱে। মখল অমনা বৈষ্ণবতুগী ময়ুমদা "সহস্রনাম" লাইরিক অসিবু শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা পূজা তৌদুনা থমজরবদি মহামারী পুকচৎপা লাইথোকপনচিংবনা মতম চাদনা শিবদু হে দেবী! করিগুম্বদস্থ ওইরোই, অমস্থং নোং তাদবা, হেন্না তাবা, চাক তাংবনচিংবগী অৱাবা লৈরোই, উৎপাত মখলশিংদগী অকীবা লৈরোই, অমদি লিলনচিংবা অমদি ভুত প্রেত পিশাচ যক্ষনচিংব-দগীস্থ খুদোংথীবা ওইরোই, অসিদা চিংনকম লৈতে ॥২৪—২৫॥

অর্থ :—হে মহাদেবি! হায়রুবগী করি কান্নগনি। বৈষ্ণব অদুগী ময়ুমদা পূজা তৌরবা সহস্রনাম লাইরিকসি লৈরবা মদুদা

ইতি সম্মোহনতন্ত্রে পার্ব্বতীশ্বর সংবাদে
শ্রীগোপালসহস্রনামস্তোত্রং সম্পূর্ণম্ ।
শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু । ইতিশম্ ।।

---

শ্রীরাধাগা লোইননা শ্রীগোপাল দেবনা লেংদনা লৈরগনি ।।২৬।

অর্থ :—সম্মোহনতন্ত্রদা য়াওরিবা শ্রীশিব-পার্ব্বতী অনিগা সম্বাদ-ৱারী শান্নবা শ্রীগোপালসহস্রনাম স্তোত্রদু মতাং অনিদা নিংথিনা মপুং ফারে, লোইরে।

অসিদা শ্রীগোপালসহস্রনাম স্তোত্রগী নামার্থস্মরণ
মণিপুরী অর্থ লোইজরে।
শ্রীগোপালচরণশরণমস্তু

---

# শুদ্ধি পত্র

( গোপাল কবচগী মনুংদা )

| অশুদ্ধি | শুদ্ধি | পৃষ্ঠা | পঙ্‌ক্তি |
|---|---|---|---|
| স্মরণমানেন | স্মরণমাত্রেণ | (১) | ২ |
| শ্রুতিঃ | শ্রুতী | (১) | ৬ |
| পাদাঙ্গুল্যঃ | পাদাঙ্গুলীঃ | (১) | ১৩ |
| মৃত্যুমেতি | মৃত্যুমেতি | (১) | ১৪ |
| পঙতিশ্চন্দঃ | পঙ্‌ক্তিশ্ছন্দঃ | (৩) | ২ |
| পঙতিশ্চন্দসে | পঙ্‌ক্তিশ্ছন্দসে | (৩) | ৬ |
| করতলকরপৃষ্ঠভ্যাং | করতলকরপৃষ্ঠাভ্যাং | (৩) | ১৩ |
| বৌষট | বৌষট্‌ | (৩) | ১৯ |
| দিগবন্ধনম্‌ | দিগ্‌বন্ধনম্‌ | (৪) | ২ |
| প্রভুম | প্রভুম্‌ | (৪) | ৫ |

( শ্রীগোপালসহস্রনাম স্তোত্রগী মনুংদা )

| অশুদ্ধি | শুদ্ধি | পৃষ্ঠা | পঙ্‌ক্তি |
|---|---|---|---|
| কৃতপূণ্যাসি | কৃতপুণ্যাসি | ১ | ৮ |
| অনুষ্টুপছন্দঃ | অনুষ্টুপ্‌ছন্দঃ | ৭ | ৬ |
| অনুষ্টুপ | অনুষ্টুপ্‌ | ৮ | ৫ |
| ক্লোঁ | ক্লোঁ | ৯ | ৩ |
| মুক্তাবলি | মুক্তাবলিং | ১০ | ১১ |
| কলবেনু | কলবেণু | ১১ | ৪ |
| দিব্যাঙ্গং | দিব্যাঙ্গ | ১১ | ৪ |
| কুহুভর্ত্তা | কুহূভর্ত্তা | ১৬ | ২ |
| প্রেমপুরকঃ | প্রেমপূরকঃ | ১৮ | ৩ |
| শরারোহয়ং | শরীরোহয়ং | ২৩ | ১ |
| চন্দ্রাপতিঃ চন্দ্রপতিঃ চণ্ডকো | চন্দ্রাপতিশ্চন্দ্রপতিশ্চণ্ডকো | ২৫ | ১ |
| জিতত্রোধো | জিতক্রোধো | ২৫ | ৩ |

| অশুদ্ধি | শুদ্ধি | পৃষ্ঠা |
|---|---|---|
| মোহাম্বভঞ্জন: | মোহান্ধভঞ্জন: | |
| রথগ্রা | রথগ্রাহী | |
| পূতনা | পূতনা | |
| মহামখা | মহামখী | |
| সঙ্কেট | সঙ্কেত | |
| পদ্মনাভ | পদ্মনাভ: | ১ |
| হিভুষিত: | হিভূষিত: | ২ |
| শঙ্খচূরবধো | শঙ্খচূড়বধো | ২ |
| ফাল্গুণসখা | ফাল্গুণসখো | ৪ |
| শরলো | শরল: | ৪ |
| জলজ: জলধারক: | জলজোজলধারক: | ৪ |
| ফনাশ্রয়: | ফণাশ্রয়: | ৪। |
| বৃদ্ধ: | বৃদ্ধো | ৫ |
| প্রেমার | প্রেমা | ৫ |
| সোলালয়ো | গোলালয়ো | ৫৫ |
| বর্রীভানু | বীরভানু | ৫ |
| মহাযজ্ঞো | মহাযজ্ঞো | ৬ |
| দক্ষচিন্তামণি: | দক্ষশ্চিন্তামণি: | ৬। |
| প্রণবাতিতো | [illegible]বাতীতো | ৬ |
| [illegible] | শম্ভু | ৬। |
| [illegible] | প্রত্যগ্‌[illegible] | ৬৫ |
| জগৎগুরু: | [illegible] | ৬৮ |
| পীনবক্ষা চতুর্বাহু: | পীনবক্ষা চতুর্বাহু | ৭ |
| মঞ্জিররঞ্জিতপদ: | মঞ্জীররঞ্জিতপদ: | ৭ |
| যোগেশ্বরেশ্বর | যোগেশ্বরেশ্বর: | ৮০ |